# মৈতৈ য়েক তরেং

## শালাই ৭ লৈশেমলোন



মমল

রুপা ১.১২ নয়া পৈসা

# মৈতৈ শ্বেক ফরেং

## শালাই ৯ লৈশেমলোন

——[ঃ]——

ইজবা :— চোংথাম ইবোয়ায়মা

———

ফংফম :— লাইরিক য়োনফম খুদিংনা ফংবীগনি।

# ৱাহৌদোক

লৈবাক্কী সেবা তৌজবদম্মু মতিক চাত্রবা, অহুগা মীরমলেন্দম্মু মশিং চনবা য়াত্রবা পংলবা ননাই ঐহাক অসি লাইপক থিবদগী মৈতৈ লৈপাক্কী মপান্দা চৎলেই। মতম অদুদা রেল গারি মন্নুংদা বেঙ্গোল্লি অহল অমগা ঐগা ৱারী শায়। মানা হাই মনিপুরা মথোয় করি ধর্ম্ম চৎলি হায়না হংই। মতম অদুদা ঐনা খংজদবনিনা ফগত্রা হায়দুনা গৌরিয় ধর্ম্ম চৎলি হায়না খুমজে। মতুংদা মানা তাহাহোয়লে আমাদের শিশু হায়না মমৈদা তায়। মাদুদগী ইকায় খুংশি য়ান্নদুনা লাকচৈ। মতম অদু ঐ অসি ঈশৈ পামজদুনা ওঝাশিংগী সেবা তৌজরী। মতম অদুমক্তদা ঐবু তম্বীরম্বা নোঙ্গাত্রবা চোংথাম মেরামচা কৌবা ইপা ইবুংঙো অদুনা পংলবা ঐগী য়ুমদা লাকপিদুনা, পংলবা ঐবু খংজহৌরসন্নু হায়বগী মতৌগুম্না, জদা-জদা ভাসন্তে, তদা-তদা জান্তে হায়বা শলোক অসিগা—নিজ ধর্ম্ম পোরোম্মো সেস্থো, পরো ধর্ম্ম ভয়াভো হায়বা শলোক অসিগা— সঃ ধর্মহি আঃ চরনা ভগবানকা বচনহৈ, সঃ ধর্মহি নাঃ- আঃ চরনা ভগবানকা বচন নহি হৈ, হায়বা শলোক অহুম অসি, লাইরমলেন্দা তিনপ্রবা ইপা ইবুংঙো অদুনা তাকপি। অদুদগী পংলবা ঐগী থম্মোয়দা ময়েক্লা ইপানি, ইরোম্না ইমানী হায়বা অসি মৈতৈ লৈমা ইমাগী থৌজান ফংজথি।

মতুংদা ঐনা ইকাই খুংশি য়ান্নবা খুংডাইতবা রাফম অদুগী মরম অদু হংজৈ। ক্লমিৎ অদুদা তাকপিখি, নংনা য়াম্না চিংনরিবা গৌরিয় ধর্ম্ম অসিদি অতাংবা ধর্ম্মা নত্তে, খুদোন পোৎনি। যুক=যুক খুদিঙ্গি স্নামহি পাখংবা চিঙু মচিল মনাওনা লৈবাক

লৈবাক্তা পোকলুরগা কুম্মৈ=লিলা শান্নরুবা ঙাক্তনি। হলজিল-লকপা মতমদা শান্নরুবা কুম্মৈ লিলাশিং অহু য়াইবীরেন মরুত্রবা মপা ইবুঙ্ঙোনা খুদোন পোৎ ওইনা কৎচববনি। তৌইগুম্বস্নং মৈতৈগী ধর্ম্মদী নং=হয়েং তুংদা—থংনক্লনী। লফূ অসি মরোল মরোল থোক্তোকলগা মনুংদগী ঙৌরাক্ ঙৌবা ময়োল অহু মৈতৈগী ধর্ম্মনী। মতম থরগী তুংদা মৈতৈগী ধর্ম্মনা মফম খুদিং-মক্তা শিনবা থুংনা ঙাল্লগনি। হায়না তাকপিরম্ই। ননায়না মতিক চাদবা আমা ওইবনা মপুং ফানা লৌজবা ঙমজহৌদে। অথংবা খরতনা মৈতৈ লৈমা পলেমগী হৈনা থৌগল ওইনা ইজবনী। আশোয়, আঙাম, আরাৎ আপা লৈরবস্থু মিৎয়েং চংশিলবীগনী হায়না নিংজৈ॥

---

# হিরম লমায়

১৯। পাখঙ্গবনা ফম্বাস কাবা।
২০। খোয়নৌ ময়োলগুমা ফজবী।
২১। লোম্নতাম থাঁজ।
২৩। অহিং হুংথিল খাম্নবা।
২৪। নোংখোং কোয়রুবা হল্লকপা।
২৫। চিংনিংথৌ, লিরি লিফোংবী।
২৬। কোরোহনবা।
২৭। হরিচক্রগী কোনা চক ফাওবা।
২৮। মীওইবগী লাকফম থিবা।
২৯। মৈতৈ মীতৈ খাইদোকপা।
৩০। য়েক তয়েংকী হৌফম তাকপা।
৩১। শাগৈ শালাই মাপন।
৩২। মালেম অসি করম্না লৈবা।
৩৩। মৈতৈ কংলাগী মমিং
৩৪। আমতনী হাম্নবগী খুদম।
৩৫। মরোল আহুমগী খুদম।
৩৬। কোরৌনে, মালেমনে+তাম্নবংনে।
৩৭। অহানবা পোৎশক।
৩৮। কংলা ১সুং থ্বাংনা রাংই হাম্নবগি খুদম।
৩৯। মাম্নবা খুদম্না আরেপ্পা মফম তাকপা।
৪০। (ঐ) থংবা ১সুং থিবা।
৪১। ঐগী লৈফম্নু সংস্কৃতিগী শলোক্লা মদেতং পিবা।
৪২। শ্রীকৃষ্ণগী নামকোরোন।

৪৩। অত্তুইঙেদা ওইখিবা, হৌজিকসু ওইরিবা হকচাং চুংদসু ওই-রক্কদৌবা।

৪৪। ইপানা ইমাদা পিবা, থাবি তরাগা নিথোয়।

৪৫। চৎলোয়দোবা লমচৎ নিপান।

৪৬। হকশেং কাংলোন।

৪৭। ফংঙমন্ত্রবা হয়িগী মিংলেন।

৪৮। শলোক্কা মতেং পিবা।

৪৯। কংলাংগা বৈকুন্থগা অমত্তনি হায়বগী খুদম।

৫০। লৈপাক মাপল শুয় হায়বগী খুদম, চিংনুংহুৎকী ফাওবা।

৫১। লাই হরাওবগী অর্থ ওন্নবা।

৫২। অরোয়বা।

# ঝাকাম্বরোন

——(০)——

মতাং নত্তে পন্দ্রিবা মতম নত্তে শাংত্রিবা, হুমিংপু লৈচিন্না খুম্বগুম, সনাবু ফদিনা য়োম্বগুম, লুপাক তাবু নুংদা তথংগী কুশা ময়োন থোক্তনা লৈরুরবী মৈতৈ লৈমা থোরক্লে।

মৈতৈ লৈমা পলেমগী চানবী হৈবী ইমানা খোইরুম ময়োন নোক্তুনা মাইথোং মকা লান্না মপারী ময়োম খিবিকপু খুলাম তোইনা পাওকৌরী,

মৈতৈ ইচিল ইনাও পুম্নমক পলেমগী নাক্তা চংলসি অমতা য়ুইব লিচিংনা খুদাং হংচি লাক্লা তাইবং শায়া শম্না হৈনা খৌগল তৌরসী।

## কচ্চবা।

হয়িহয়াহে হে খোইয়ুম লাইনিংথৌ পালেব পন্থৌ অনিগী ভাংলৌ থুয়া থাদা, লিকলাং চোইনা কেন্দুনা মালেম লৈদা চোইনা চাইনা, চোইনা ভাবগুম্না লৈরুরবা খিবিকপু খোমজিল তাশিনজহনা ফংম্নবা থরনা শিংডেন লৈহন তম্বগুম্না লৈরাং লৈকৎ

ভক্ষরী লৎনা থোংবু শিংবিগনু তোল্লবা নচা ঐখোইনা ইখুৎ খুৰাং তরা লোয়া ইহুগী কাইনা লিশিংনা চাংজৌ চেপনা খুরুমজরি।

## নোমজবা।

পসেম প স্থী অনিগী শক্তমবু ওইরবা মৈতৈ লৈবাকী ইপা ইপল, ইচিল ইনাও পূম্নমক্কী মকমদা পংলবা হৈংচত্রবা করিম্নু থংজত্রবা ননাইনা ওকশমদা, ঙি য়েত্তুনা কোংয়াং রাশাংনা তাবগুমা মশিং নাইদনা খুরুমজরি ননাইগী ইরান খিবিনু, মৈতৈ লৈমা পলেম্নু খুংশিবিহুনা অশোই অচাম য়েংবিদন', আরান অহই লৌবীদনা লাইরিক মচা অসি লৌখৎপিয়ু।

পংলবা ঐনা লাইরিক মচা অসি মৈতৈ লৈমগীদমক সোমাঃ লোচ্চনা ওইনা পুখোকচনিংবদগী লাইরিক অসিগী মচাক কংজকবা লাইরিকশিংগী মিং— লৈশেমলোন। হকলোন। লংপুম। মাইবা-রোন। য়ুমশারোন। অশিনচিংবা লাইরিক কয়ামক্রমশিং য়েংজরুরগা পুখোকচরকপানি।

## লাইরিক অসিবু সমর্থন তৌবিবা মীশিংগী মমিং

"মৈতৈ য়েক তরেৎ শালাই মাপল লৈশেমলোল" হায়বা লাইরিক মচা অসি ইবিরিবা ঐগী ইরান্বা মাইচৌ অসিনা পাজৌ হায়না তাকপিবদগী মকোক্তগী লোইবা কাওবা পাজরে। লাইরিক মচা অসিবু পা রে হায়রগা ঐগী ইরাম্বা পণ্ডিত অসিবু থাগত্তবা, ১দি তৌবিমন কোংদোকচদবা ওমজদে। অহুগীম্নু মথক্তা লাইরিক মচা অসিমকপু লয়াই কোইরেল থক্তা থাপ্তুনা থোগলজদবা

ওমজদে। মরমদি চিংগু লাইগী, পাওতাক - " কংলা খুচু'লবী চৌংদা শিল্লৈমনা শাথুপখিবা ; হুয়ি চকী অহৌবা, কোন্না চকী অরোইবা অনিগী লাংদাইদা শাকোংরগনি " হায়রম্না মৈতৈ লৈমগী খোঞ্জান্না, মতম কুইনা থুপ্পুনা লৈরবা, মৈতৈগী পারি পুরি, ময়েক অমসুং ওকল অখোদা মশিং চৎলবা মৈতৈ ইপা ইপুগী মতিক মগুন কোংদোকপিগে ১দি পোইরৈ মৈতৈ লৈমনা মমান্নবী কয়াগী মমাংদা তাংজা কিরুক খুন্নবা লৈরিবী পলেমগী চরৈ কিজি কাংথোকপিগে ১সুং মৈতৈ লৈমা ইমাগী এপাগী মমোম খিবিকপু খোন্নেন মিকপ খোকহলগে হায়দুনা ইয়াম্বা মাইচৌ অসিনা মতম কয়া কুইনা মাংদুনা, মশাগী ওইজদা পুন্নমক থাদোকুনা, চাবা মচেৎ, তুম্বা মচেৎ অমসুং অরাবা কোঙ্গাই থিদনা পুয়া পুবান থিজিনবিদুনা জাত্তিশিংগী চৌকম কাজিনবু লাইরিক মচা অসিদা ইথোকপিদুনা পঙলবা ঐগী থমোইদা মঙান খরা পিবিবা অসিগুম্বা ইয়াম্বা অসিগী মকমদা তৌবিমন উৎচদবা ১দি মহাকী য়াইফনবা, পুন্সি সুংশাংনবা তাইবং এপুগী খুয়াদা হন্না হন্না খুরুমজরি।

শ্রীক্ষেত্রিময়ুম মোইরাংথৌ সিংহ
ময়াং ইম্ফাল।
তা' ৮।৪।৫৯ ইং।

## লাইরিক অসিদা সমর্থন তৌবিবা অতৈ

১। মোইরাংথেম ইবোতোম্বী মৈতৈ লাইনিং মরূপ, জেনেরেল সেক্রেটরী য়াংখৈ লৈকাই।

২। কারাম বিহুর য়াংখৈ লৈকাই।

৩। হুইদ্রোম অতো কৈশামথোং।
৪। খোকচোম ইবোয়াইমা শান্নুশঙ।
৫। চিঙ্গাংবম ইবোতোম্বী খুমেম লৈকাই।
৬। চোংথাম মতুম লম্বোই খোংনাং মখোং।
৭। ছাংখোম নারাং ,,
৮। শগোলশেম নাগেশ্বর ,,
৯। খোইরাংথেম বিনো ,,
১০। কৈশাম চাওবা ,,
১১। শগোলশেম বোরো ,,
১২। ময়াংলম্বম লক্ষমন ,,
১৩। লাইশ্রম নিলো ,,
১৪। শোরোকখাইবম কাহ্নাই ,,
১৫। পুয়াম মুহরী খোবাল পোংরো খোংজিন।
১৬। খুবাইজম ইবোহল অরাফেক মোংহেন্দ্র তের কৈথেল মণিপুর প্রজা তঙ্গা শোভা।
১৭। কুলপম লাইকম খুনো।

## অহানবদা করি লৈরহগে।

ইহান তানবদা মী, শা, হন, উ রা, নাপি, তিংথো অসিনা-চিংবা খোরা, মালেম অসি অতৈ করি ওমতা লৈরমদে: ইওয়ন হাই, অতাংবদদি মতানগী মশক ওইবা শা খবা ওমদ্রবাচিংদু খোইমুম লাইদগী চৌনা, নমু তাইবংনচিংবা পুন্নমকপু শেম্বীরিবা অচৎপা চৎতবা লেই, পাল্লিবা খিবিকপু হিংহলবিরীবা ইবুঙ্গো ওতাক মখক্তা লৈ। ইবুঙ্গো মহাকী শকৎং শক্তমদি। অম্বা লাইরেমবেন অসিনি হায়না থম্বীরমই।

## চিংনবা শেংদোকচবা

মতাং অসিদা কনা কনাগুম্বনা অশ্লি হায়বা লোন অসি কনানা হায় ঐখোইগীনি, কনানা হায় মীগীনি হায়না য়াম্না শেংনৈ মরম অহুদগী ইবা য়াননবা কুমা নৈনরুবদা ময়েল, ১মুং মচি হায়বা খোনথোক অনি অসি খেংনৈজে, অনি অসদগী য়াহৈ ১মুং খোন্থোক্কী মকোক থংবা (ম) ময়েক অমমম্না মথক; মখা অনি ওইপ্রগা লেমহৌম্বিবা ময়েক খোন্থোক অনি অসিনা তিন-শল্লগা য়োল-চি হায়বসি থোকই। হায়বদি তাইবং কনানা খংখি উখিনী হায়বঙুম্না মথক মখা অনিনা কাকুপ চল্লগা মম্নাই ময়োলদা য়েলচি হায়না থম্বীরমই। য়োলচি হায়বা খোনথোক অসিদগী লৌরগা লোন থৈথরক্লনা অশ্লি লাইয়ুম লেন হায়না থম্বীরম্বনি হায়না নিংজৈ।

ইবুঙো মহাক্কী কুচুনা মকত্রবা আপালবা কুচুনী, ইবুঙো মহাক্কী মিংথৈনা (হয়ি) নী হয়ি মহাক্না মতোমতা লৈবা খুঙাই-তহনা তেংপাংবা তেংবানবা শেম্নগে হায়না নিংখলখি।

## য়াখল ৭ কী মশক ওইবা চয়োল ৭ কী মমিং

নোংমাইজিং. নিংথৌকাবা, লৈপাকপোকপা, য়ুমশকৈশা, শগোলশেন, ইরাই, থাংচা, কোয়ৌ নোংচা (৭) মকী কোলোই মিংথোলদি অহু নোংদগী লৌরগা কোলোই মমিং থোল্লম্বনী। য়াখলশিং অসিবু নোংমা চংনা চিংখৎলকই = খল্লকই হায়বদগী লৌরগা (নোংমাইচিং) য়াখলশিং অহুনা মথংমথং নিংনা থৌনা কারকই হায়বগী নিংথৌ-কাবা। তাইবং ঐখোইগী লৈবা হিংবা য়াননবগীদমক্তা মাপেম লৈমরু শেমগে থনখিবদগী লৌরগা লৈপাকপোকপা। লৈননবা

য়োমনবগীদমক খনখিবদগী লোৌরগা য়ামশাকৈশা। তাইবংগী শাগা কোম্নবা লোৌশিং, মৈয়া, মুখিৎ, থা অসিনচিংবা শেম্নবা হায়না খনখিবদগী লোৌরগা শকোলশেল। শা, যন, শাগোন, শামু, ইয়োইন–চিংবা শেম্নবদি ইরাই লাইয়ে হায়না খনখিবদগী লোৌরগা ইরাই মরুওইবা য়োৎ, থাং, খুত্ত, খুৎলাই শেম্নগা থাজ, পুজ য়ারগনি খনখিবদগী লোৌরগা থাংজা কৌনা মিং থোম্লম্বনী।

মওং মতৌ অণ্ডম হায়না রাখল তরেৎ অসি খনবা লোইরগা ইবুঙো মহাকী নিংশা শয়েনা হোঃ হায়না চোংথোক্লে। মদোম লৈনা লৈনা শিৎলক্লে লিক্লা য়াইরচান পোকলে। লিক্লা য়াইরং–চান্দি লাইজ ঈশিং তরংলেন চাওথোইবনি।

অহুগী মতুংদা মুংশিৎকা ঈশিঙ্গা (২) নৈচাইনরগা মৈয়াইদা (মৈ) পোকলে। কমকমদি ঃ— ১। মুংশিৎ ৩। মৈ ২। ঈশিং মরুওইবা লাই অহুম ওয়ে। মুংশিৎনে ঈশিংনে, মৈনে, অহুম অমিনা তিল্লগা, আশাইগী তরংলেন চাওথোইবা লাইজ ইয়োন–মুংবা লৈমলৈ ঙা অমগুম্না শাওল্লে। ঙা অহুনা মিরাঙ্গি পন্দম–গুম্না শম মনাগুম্বা মরি অমা পৃথোক্লে। শমনা অহুগী শমচিনদা চিক্লগা চুপপী মরি পিয়ে, পুক্নিং লাংশং হল্লে ; কৈচৈ কারন লাক্লে। কায়াৎ মাপল য়াৎলে শঙ্গাই শংলেন শেমলে। মিরাঙ্গী মরি লঈ অহুনা অচৌবা তাংজ লিন অমা ওইনা শাওল্লে। লিন অহুনা অণ্ডম অণ্ডম কেংনশিল্লক্লে, মথেক কৈবু লৈয়োং শানা ফুকাইনা শ্যাংজবা লৈয়াং থম্বাল অমগী লৈওং লোৌয়ে। থম্বালগী লৈয়োলদা মুংজা লৈহীগুম্না লৈহী লৈকময়ে। লাইজ লিক্লাগী পান্দমগুম, কোয়োলগী মওংগুম্না শাওল্লে। কংকুপ কংজাও ওইরকক্লে।

থেঙ্গুগুম্না শাওহল্লে। গুনা লাংলৌ খনবগুম্না লংলাগী পুমথাং লোল্লক্লে। ওকলেনগী পান্দমগুম্না শাওহল্লে। নোংশাগী শক্তমবু ওইরক্লে। শাওল তরা শুরে। নমু পোংশক ওইরক্লে। অদুনা থম্বাল ওই, হোংনা থম্না খৈরোম-চোং ওইনা থোৌগল্লে। ইযোনবুং লমদমদগী ইপাল লাংদা শাৎলক্লে।

## শাওল ১০ (তরা)

ঙা, লিন, থম্বাল, কোঙ্গোল, কংকুপ, কংজাও, থেঙ্গু, ওক্লেন, নোংশা, নমুপোং ওইনা শাওল্লে।

## লৈপাক করম্না মিংথোলখি।

ইবুঙো মহাক্না থম্বালগী লৈম্নোল মুংদা মথেক অহুম থেক্লা মা কম্বাল লাংলে। অহুমৈ মথক্তা নিংখলখিবা রাখল তরেৎ অহু পোৎশক ওইনা পুথোক্লবগী দমক্তা উনবী পিপুক মুংদা মালেমবু শেম্লগে নিংলক্লে। মরম অহুনা মপু মহাকী শমু ওইরোম থংবা খোংপী লক্তগী, ইমা লৈমা লৈহনবী পুখোক্লে।

লৈমা লৈহনবী ইমানা চিঙঙু মাংদা লেপ্লা থুৎলাং তরা লোন্না অমেংবা পাওহংখোম্না পাওহংজখি। নদাইরেম্বী এগী য়ারেন খোংচি মুংদা অতোংবা অমবু লৈয়ে হায়না পাওকংচখি। অহু তাম্নবদা চিঙঙু মপুশিংদবনা শমু অতোনবীনা খিংচিলবীরবগা মতুম মচা অপিশক অমা অহুবু পুথোকপিরক্লে। মতুম অহুবু ইবুঙো মহাক্না নিৎম্নেং তেমপাল থারে। চিঙঙুনা মালেম শেমগে নিংববু পুকনিং থরাঈথুংলে।

মতুংদা মতুম অতুগী কোলোয় মমিং থোনবীখ্রে। লৈমগী লৈয়েংদা পকঙ্গ হায়বদগী লৌরগা লৈপক কৌনা মিংথোম্বিখ্রে। অতুগী মতুংদা লৈতুম নংদী ঐগী ইচিল ইয়াথংদগী অয়াৎপা লৈঙনা শৌও হায়না থৌচাল ললকুবীখ্রে।

## লাইনুরা করম্না মিংথোনখি।

ইবুঙেঙা মাগী উনশা কুয়াংপাল তরেৎতগী নুরা ননবগুম্না নাল্লগা লাইনুরা (৭) পুথোকখি। মমিংদি (১) হিপোকপী, (২) য়াই-পোকপী, (৩) হীকুবী, (৪) য়াইকুবী, (৫) হীরৈমা, (৬) য়াইরৈমা, (৭) য়াইস্না অসিনে।

## মতুংদা লাইপুংথৌ (৯) করম্না পুথোকখী।

চিঙঙু মহাক্কী স্না চক্কচাং কয়াৎনুং থোং (৯) দগী লাইপুংথৌ মাপল পুথোকখী। মমিংদি (১) অং, (২) হৈ, (৩) অং, (৪) নোং, (৬) কেহং, (৭) কিহং, (৮) শংকারেং, (৯) শাকোক অসিনে।

## লৈশেম্না

চিঙঙু ইবুঙেঙা মহাক্না ফমলিবা থম্বালগী লৈনা মথক্তা লাই-নুরা তরেৎকা লাইবুংথৌ মাপলগনা কোলোই য়াথংবু ফুবাক লৈতাইনা, খুরুম্না চাইনা লৈজখী।

চিঙঙু মহাক্না শম্ মহাক সাং তুবী ঙাংহন চাওথোইবা পাকল লিলাই নিংথৌনা লৈপাক মশীং শুনা, তুবী ময়েক থোক্না থম্বালগী লৈনা মথক্তা শিংলি পাকল লোনলক্লে। শিংলি পাকল থক্তা, লাইনুরা (৭) কা লাইপুংথৌ (৯) গনা আশাইগী লৈতুম মতা অতুদগী

লৌরগা মালেম লৈসিবা হৌথি। হাইবা অতুৱৈদগী লৌরগা অসি (ওসি) য়েংনা হাপপী হাইবগী হয়েং, থম্বাল লৈনা অমগা অমগা হুংচি লাক্লা হাপপী হায়বগী হংচিং, গেম্না শানা হাপপী হাইবগী মশেম, লৌনা লৌনা হাপপী মরৌ, অতোংবদগী অকুৎপদা, কা কাপপগুম্না কাগু হুইরেন থানা হাপপী হাইবগী মকাপ শিংনাম্না শেমই মশিং কোরো নোংজা (৭) মক্কী কোলোই মিংথোলদি অতু- ৱৈদগী লৌরগা থোনখিবনী হাইদব্রা।

## লৈপাক শেম্বগী পোৎশক পোৎমিং

লৈনা লৈনা শৌগংলকই "লৈশৌ"। লৈনা লৈনা তানথং- লকই "লৈতান"। লৈনা লৈনা পাকথোক্লকই "লৈপাক"। লৈপাক শেম্বদা হৌরকই হায়বগী "লৈহৌলা"। লৈপাক মপুং ফাবদা হৌরকই "পুংফাই"। লৈপাক শেম্বা মতমদা লাইনুরা অরেংবা লাইপুংথৌ মাপলগনা ইয়ু—ইবুঙঙা মহাক্কী য়ুথোম খোমলাংবু কন্দুনা থকই অরাবা থাংথি হায়বগী "থাংগরা"। পোম্বাবা মতমদা য়ুথোম খোমলাংবু থকই "য়ুথক" কৌনা মিংথোল্লম্বনে। অরেম্বা খোমলাংনা মালেম লৈদা চুপশিনথ্রগা হৌরকপনি হায়বদগী লৌরগা মমিং থোলবু "চু" কৌনা মিংথোল্লম্বনে।

## হৈরাং লৈরাং শেম্বা।

চিঙঙু খোইয়ুম লাই মুপা নিপীনা চনবা হারহুনা হয়ি মহাক্না লাংবনি হায়বগী হৈরাং কৌনা কোলোই মমিং থোল্লম্বনে। হয়িনা ইহান হান্না শেম্বী হায়বগী 'হৈপী' কৌনা কোলোই মিং থোল্লম্বনে। মতুংদা "হৈবুং, হৈবোং, হয়িং", হৈবা মথং মথং

শেমখিবনে। চিঙঙু ইবুঙেঙা মহাক্কী খুৎশেম থৌরাং উনদা তাইবং পোকপী পলেমনা কলক মিহৌ, তিলজুম থনাং পোক্কনা শিংনবগী মৎশুম, হৈরাং শেৎথানা লৈরাং চিনথানখি। অহুডৈদগী লৌরগা ইমা লৈমনা লাংবনি হায়বগী "লৈরাং" কৌনা কোলোই মিং থোক্লমনে। মরম অহুনা ঙসি ফাওনা হৈরাং শেৎথানবা, লৈরাং চিনথানবা উরগা তাইবং ওইবা ঐথোয়শু কলক মিহৌ, তিনজুম থানাংবা পোকলী।

## মালেম লৈশেম্বা লোইহুনা ভগোই হয়াও শাবা।

লাইমুরা ভরেৎকা লাইপুংথৌ মাপলগনা চিঙঙু ইবুঙেঙা মহাক্কী চিঙঙু সনা মাংদা চেংলৌ শককোয় য়েংনা, শাকোয় লেপলৌ শানা ঔগ্রুই হঙ্গেন চোংনা, অসৈ ভেরান শক্লা হরাও তোইভানখি।

## অসৈদি।

কদী কোৎসি মফোৎসি য়েতুম হনজিন মহনজিন থেঙ্গু নমবোল নোই নোই, হায়না শক্কনা থুবাক তাবুল থু না; রাংলেন পুংখৎ তোই; গিংতুং অরি খোংনা মুংভোইবা কুমতম অসৈ শক্কনা কূম্মৈ মনীং ঙনা শান্নখী।

## অডুগী মতুংদা

থমরী উমংলেন্দা তাওজিং হৈরাং চাখি। চিঙঙু থোয়য়ুম্ম লাই মথং মথং পোকখী।

## চাভা লাওতা

থহাল লৈনা লিশিংগী মথক্তা ফমলিবা ইবুঙেঙা মহাক্কী সমু য়েমলোম থারিবী লনলৈমা অসীবা লাই পোকখি। সমু ওইরোমদা

থৌগল্লিরী শিল্লৈমনা কোঞ্জিন তুথোকপা পোকখি। লৈমা য়াইখু-রেম্বীনা অসীবা লাইনিংথৌগী সমু ওইরোম থাইএ। লৈমা য়াইখু-তোম্না সনা কোনজিন তুথোকপগী সমু ওইরোন থান্নএ। চিঙু খোয়য়ুম লাইয়াম্না থৌগল্লে উনবী পুক্নীং হুবগী মশক্নে।

অদুডৈ মালেম শেম্বা লোইরদুনা ক্রো নোংথৌ লেপ্লবা চিঙু খোয়য়ুম লাই পুন্নমক লাইগী লাইশিং শুরে মতম অদুদা অসীবদা য়েংনা কোলোই পাওমেল্লক্নে। পারি ইবুঙ্ঙো লাংলেন রাবিহল নহাক্না মালেম তাইবংগী অরাং অপা অশোই অঙাম চিংথা নানথা খিবিকপু য়েংশিল্লুও হায়না কোলোই ময়াথংবু তাকপিখিএ। মপল পম্বৌগী য়াথং তুংইন্নমা মিৎয়েং তেমপান থানা শেম্বীরুরবগা হুলরাইরক্কুনা মপল সনা মখোংথাদা রাইথুংলরে।

হে ইপল কুরুম সিদবাও নমু পোং লৈকোন অসিদি অকচামডাগা য়াংথৈ য়ুথক মকোয়রেম্নে। অরাং নোংনিংথৌগী ক্রো নোংলৈপাক ফংনা অক চামডা য়াংথৈগী য়ুথক ময়ুং রাংনা শাশেম্নয়ে। লৈপাক ময়ুং মফৈ হেন্নদে পাপোৎ চাংমি লাকুম্ শোইনদনা নোংতমলম্নে। মালেম লৈথারোন ভরেৎ অসিগা পরিং লাংশং পুন্নমগুং সনা য়াইকোনহুং অসিদা হুপ্না চিংশিল্লমলে হায়বগী ময়াঙ্গীদা হুপ্তোংপাল হায়না মিংথোল্লম্নে। মালেম লৈশেম পাওবু তারবদা চিঙু পোকলেন পোকপা শিদবনা মপারিধু সনা ফান্থেং থানা ফমহল্লবগা য়াংলেন তোংয়াল শিৎনা শমলাং তোনকা লাসনা রাহনলকয়ে। হে পারি লাংলেল্ রাবিহলও নংগী নতিক লাইজা ইরেন পুংগুম্বা অসিদি খোইয়ুম পুন্নমক্না নতিক ফিথৈ ফংনা সাথঙ ঙমলোইএ হায়না সিংথাবিখি। অদুগী মতুংদা পাইনা হুংদা থৌরম্ থৌতোল্ লোমলগে নিংলকক্নে। মরম অদুনা মপাক্কি

অনিমকপু মিৎয়েং তেমপাস থানা রাহমখিএ। ইপারি অনিমক উনবী শেল্লোই নিকুনা-না-ভাও হৌজিক্তি চিঙগু নচিল ননাও অনিমক চাওবা লেপ্তুম যারে, শাংবা লেপ্তুম ফারে লৌশিং পুক্লিং য়েংলগে, মুমিৎ, থা, থরাইমিচা খোংচোংনপীনচিংবা ক্রৌ মালেম অনিমক ছিঙগু নচিল ননাওনা চিংনা খোয়ুম পুম্নমক অসি থিবিকপু মফম কদায়দগী লাকপনো হায় হায়না পাওহংখিএ। মপল-পম্বৌগী পাওতাকখোলবু ফংলবদা পুনিং অওক চংলে, উলবি শেল্লোই নিক্লে টিঙঙী রাকোংনবু ভমখিদে। শমু খোংবী লৈখৈতানা তাংজা মরাই লুকখিএ।" মপারি নিংথিবা অনিবু মিৎয়েং তেমপাস থা খোইরুম মোনোন নোক্লা রায়েল শিম্থাবিথিয়ে। পারি লাংলেন অনিমক নংগী নংগী নশকপু থৌরম থৌশক থংলুরো চিঙগু নচিল ননাও অনিমক ক্রৌ লৌথোং কোইবধু তেনশিংনরুও নপল ঐগী সমু মাংলা থানা হান্না রাইথুং লরবদা কংলা খোলাংমৈ অসিগী চৈনৌ মা য়োংথম্বা কংলা ফম্বাল লাংবু শমু খুৎশিন নরমলগে হায়দনা পাওমেল্লক্লে। মপল য়াথং লুদাখোংনা ক্রৌ লৌথোং কোইববু সমু খোংসাল্লগে হায়বগী সানৌ মচিল মনাও অনিমক। মপল পোকলেন পোকপবু ফুবাক লৈতাইহন্না খুরমম্নবগা মশাবি খোইম্নুম অসিবদি পলেম মমা লৈমরেনবু ইতানখিরহন্না শমু থাংচপ্পনা রা কচ্চথিএ। পলেম লৈমা খুবি য়োয়বু লল্লেমনা মপারিগী য়াংলেন তোংয়ানশিৎ শমলাং তোনগা নান্না রাহমলকয়ে। পারি ইবুঙো লাংলেন রাবিহল। নপল কুরুম শিদবগী সমু খোংপি লৈথৈ অনিমকপু মিৎয়েং তেমপাস থানা থমোই কিসিনা-ও। চিংঙু নোংতম্বনা পারি নংবু পাংকল তেংপাং বিঙৈনে। পলেম মমা পোকমবিগী থৌচাস লনকুবিরবদা মপারি খোইম্নুম অসিবদি ক্রৌ নোংথোং কোয়গে হান্না সমু খোংসালখিরে।

মশানৌ লৈরাং অতোনবস্থু পলেম মমা লৈমরেন সিদবীবু ইতানখ্রিবগা খুযোং চেৎন্না লোন্না পাঙতমজখি। হে পলেম পোকমাবিও নপারি ঐগা সাবি খোইয়ুম অসিবগা ইপিঙডাবু ক্রৌ নোংখোং কোইববু তেনশিংনরুও হায়না য়াথং পাঙতাক পিরে। সনা মখোংখাবু হান্না রাউথুংলরবদা চোইনৌ সনা মেলাংচান অসিবু সমু খুৎশিন্নরম্নগে হায়না পাঙমেল্লবগী পলেম সনা নখোং খাদা পুরুমচরবনে। "য়োয়বু সিলৈমা হুম্বু নারেং সুবী সুকুমু লৈতোন তোংবিনা রাহমলকই," হে পারি নিংথিবা নডবু ক্রৌ নোংখোং কোইবনা কদৌনগবনো। নপল সনা মখোংগী চিয়েন লাংয়েল-থক্কা লূবোক চিরৈ তোংনা পাফল সনা মেলাংচনগী ফালখোং মাপলমকপু কোইবনত্থম ক্রৌ নোংখোং কোইবনু হেনখোইরিবনে। চোয়নৌ ফালখোং মাপলমা অসিবু সারেল হেৎঙইনন। তরেৎলক কোয়রবগা নপারি ঐবু ক্রৌ নোংখোঙ কোইরুবগী ঈরান য়াইদা থুংলরে হায়না খুযোং চেপ্পা লোম্না পাঙতমচৌঙ।" পলেম পাঙতাক খোনগী তুংইন্না, নসাবী খোয়ুম অসিবগী হৈনা মতুং ইন্না ক্রৌ নোংখোং অথাপ্পদী কোয়রুদ্রে। পলেম মমা লৈমরেনবীগী সমু খোংপী অনিমকপু পাইনা পুনেম্নবগা চোয়নৌ সনা মেলাংচান ফালখোংবু তরেংলক কোয়বগা ফুবাক লৈতাইদ্রনা সগ মহাক-সাংগী ফমবী নিপালকপু সোক্না পুনেনখিরে। "হে ঈপল ইবুংঙো নপারি ঐবু ক্রৌ নোংখাং কোইরুবগী ঈপল সনা নখোংখাদা রাইথুংলরে।" চিঙঙু য়াবীরেন সিদবা কসনা লাইনিংথৌ হায়না পাঙকৎচরবদা থৌচান যোইবা চিঙঙুনা মপারাগী তিভিঙ রাফোং-লাকপু তান্না কুমথারক্লবগা সায়েং পালপু লাক্ ঙকখি লুমাং কোন্না হৌকৎপিরত্নুনা ফৈরা তান্দা খোংখাচায় লেঙেঙাল্ চুপ্পা রাহনখিরে

"হে পারি লৈরাং অতোনবা রানাও কোম্ভে কোম্না হুলবা হুইয়াই লিকপু অথেঙডা নংবু নপল্ ঐগী ইতিক অরুবা ঙমথৈ পাম্ভম নাইতববু করম শাথঙঙমনো," কোলোই নমিংথোনবু পারি পাথং য়োয়ারম্বা হায়না মিংথোলবীরম্লগা কৈরাতান্দা পম্না সনা মেলাং-চান্দা থাংকৎপিরহুনা রাহমখিয়ে।" নপল্ ঐদি কহঙকো অহানবগী চহি কুমশিং শুসিল্লক্লে। অরাং নোংমতোল্গী থোয়মরু য়াই-কোনমুংবু মতম কায়া কুইনা হাংলরিঙেনে," রারম অমুম রাহম্নরিঙেদা খোইয়ুম নোংপোক অরিবা চিনকোই মরিপালবনা হীমরু য়াইরং-চানগী হুলাই সংথোল মাপল শুববু ঙাইরৈনন অরাং নোংনিংথৌগা লোইননা য়াংনা রাইথুংলরে। খোইয়ুম অচিবা শম্নাং তাবুতানবা, চিংথৈরাইফু-নিংথৌ, থাংচিঙ লাইমরু সম্হোং য়োয়মোইনিংথৌ, খমনুং লাইনিংথৌনচিংনা রাথুংলরে। রাংপরেল খানা চাওবম্বু কংলা নোংলৈ য়াংগী ইল্লুমপাক লোইখাদা রাইথুংলরে। মলং মুংশিৎ নিংথৌ, নোংলাইনিংথৌ অহেনবাচিংবা থোয়ুন মায়কৈঙাকপা লাই পুম্নমকম্বু রাইথুংলরবদা নোংপোক অরিবা চিংকোই মরি পানবনা থুৎকাং চপ্না লোম্না সমু থাংচপ্পনা রাকচ্ছখিএ॥" চিংঙু য়াইপিরেন মরুবা লাইয়িংথৌ, তাশিয়ুও। চিংঙু সনা নফমলেল্ অরাং নোংমতোন থোইমরু য়াইকোনমুংবু চিঙঙু নফম হাংলবগী হীমরুয়াইমরু-নচিংবা মঙাল তারবা খিবিকপু মকশিল্লক্লে। হীমরু য়াইকোনমুংদা মরান ফম্বী ওইবিবা খোয়য়ুম পুম্নহকপু থৌহু মুংগী লৈরাং মতৌগুম্না য়ারা খোলনাই ঙমদবগী লৌশিং পুক্লিং মরা মুংথোইনরে। চিঙঙু নঙ্গি চহি কুমশিং রাচুম্বদি তাইবং নমুপোং ওইবগী চহি মশিং লাখা তরানিথোইনা কোরৌ নোংপুম অমতা ওইবনা চহি কুমশিং অজুবু লাকলুরবদি লাখা তারানিপালগা লিশিংনিপাল চানিপালবু শুখিরে।

কহংকচকচক্ অহানবা অসিদি চুক মশিং হেন্না লৈকয়োই। চিঙু নফম লাংবু তান্না ইতানবীরো হাইবদি লেংবিয়ো।

মালেম লৈশেম্বসু লৈপাক মপুংফারে হায়বগী লৈপাকমখিং খোনবু-ফা, কৌই ফা মপুং ফারে. কোন্নৌ নোংমতোনসু তোংচেং কাইনৌ থান্নাইপিচাকসু তোংচেংকুমনা পাল্লক্রে হাইবগী কুণ্ড কৌই ফা-কুণ্ড = মথক মথা অনিমক কাকুপ মপুং ফারে। চিঙু য়াইবীরেন মাংফদবা নংবু ক্রৌ নোংকা থৌবু থিনবিরগনো।”

চিঙু য়াইবিরেন সিদবনা রাহমলকই,” খোয়ুম চিংকোই মরিপানবা নংসু ঈপারি শম্নাং তাবুলনবা পরি নবঙানাচিংনা খোইয়ুম পুমনামক নখোইনা ইপারি লৈরাং অতোনবা অসিবু লোকলৌ কোল্-না নাওয়োকপিরকও। ইপারি লাংলেন রাপিহল খোইয়ুম অসিবসু ক্রৌ নোংখোং কোরখিবগী চেংলৌ শকপু উঙমদরে। পারিন মুংশি পুক্লিং চংবরু খোইয়ু নখোইনা ঈপারিবু মুংশি পুক্লিং কোক্লবা পাওথেম্বীও।

অরাংচিঙমরু লুপাখোইবা চিংহীমরু রাইতরং তম্বা তেমখিশচিং চিংলেন নাপোম তরেৎ নিন্না ফুরিৎ সুমসিল্লাক্লম্বদা ইপারি লাংলেন রাহিলগি খোয়ুম কম্বীরেনবু ওইহললো। লোইপিচিংদা পলিবা খৈবিকপু মকুম কুমকাওদা থাবি থাকাওদনা মোল্লোঙ মথুলখোলবু খুথোল মুংচাববু ওইনা মশানৌ পাখং য়োইরেগা অসিদা খৌচান লিতিলনহল্লো।

মতৌ মওং অম্রমনা তাকপিরবগা লুহুপ রাইরংচান, ফুরিৎ মেক্লবা, মিরুং মথুৎসু তেনবীবয়াইয়োইবা, খোমলেন তুমগন তেন্, লাইজ

ইসুতেল, নোংলেন ইকৌতেল, খাশী মরাংহৌবা তেল, মালং মখিল নাইবা তেল, তেনবী য়াইরোইবা খিবিকপু লনকুবিরমলে। খাজ কোনাই শাবা তেল,তেনবী কৌত্রাংকোন শাবা, কাপালা চিনাইবা মালেম লৈশেম থাং, ক্রৌ নোংহৌথাং, খোইয়ুম পুমনমক্না ফংফদবা খাংলেন য়াইরোইবা, তরংথাংকোইরাংবা আসিখিবিকপু, মাপারি থৌচান খোইবগী সনুখুত্রাথুমনা লনকুবিরম্লে।

## জাহং

ম্যাপারি অনিমকপু থৌচাল্ শিতিন মান্নদবা উবদা লুরাং লৈকোইবনা পুনিং কিশি কোক্রবা হংজখি।" হে ইবুঙ্গো বসা ইনিংথৌও। নপারি খোইয়ুম অসিবদি করিগী থৌচাল লমুক্রবনো নপারি লৈরাং অতোনববুদি থৌরম করিগী থৌচাল্ মনুংচলবনো" হায়না রা কচ্চরবদা।

## পাওখুম

মঙ্গাং কোনোই ময়াথংবু পাওখুমবীখিয়ে।" নহাক্না হকচাংনেদ্রৌহাকনা থরাইনে, মরম অসিনা মনুং মপাল নাইথনে", শমু ইগাকসাং অফোংবনা লাংওনবা অসিবানে। থরাই য়াইবিরেন মক্তবনা লাংওনবা কোনজিন তুথোকপনে থৌরম অসিনা থৌজান লিতিন মানহন্দনে।

অরাং থৌক্রগী লুপা থোইরাচিংগা," সনায়াইকোঙ্গুং অসিগ রু মশিক কয়া মান্নদবনে। লোইরেন খুদিরোক সনালংচিং অসিদি

লাইকব পুম্নমক্তগী কোংয়াং রাথক খোংগুম্বনে, গুপ্প। থোইবা পাম্বী লেমকুয়েম্নে চিঙঙ্ কুকম শিদবগী কম্বীয়েম্নে, হায়বগী মন্নাই খিংক্রুমচিং হায়না কৌবনে।

তাইবং নোংশা পানগী হায়বদি মালেম থক্তা হৌম্নিবা লোইবী চিংলেন রাংথোইবা খিৎথিক্তগী সনা লংবাচিং কংলা পুংময়োন অসিনা সম্ম খুত্থুপ তরেৎ খোইনা রাংলিবনে, "থৌরম অসি লৈবনা মপাগী অসিবনা সম্ম মহাক সাংগী মশক ওইবা ক্রো নোংখোংবু তরেৎলক কোইখিবনে, মশানা মশাগী থৌরমবু পাংথোকপনে।"

খোইয়ুম কুকম সিদবনা রাহমলকএ," ইপারী চিংকোয় মরি পানবা-ও নংগী চহি কুমশিং রাচুম্বদি চহি লিশিং তর গনিখোইনা অহিং নুংথিল অমগী ক্রো নোংপুম অমবু ওইনৌও। খোইয়ুম মালংহুম ওইবা নংগী চহি কুমশিং রাচুম্বদি চাতরাগনিথোইনা অহিং নুংথিল অমগী ক্রো নোংপুম অমতবু ওইনৌও। ইপারী অরাং নোংনিংখৌ নওদি লোইতাম থাজ তরাগনিথোইনা ক্রো নোংপুম অমবু ওইনৌও। তাইবং নোংশাপাল অসিদি তেংকোৎ পুজা হুমফুগা মরিনা অহিং নুংথিল অমগী ক্রো নোংমতবু ওইনা চক মতোন লোম্নরকস্নুনো। খোইয়ুম চিরাইবা লোংদম্বা নওদি থরায় পুম্নমকী লাইপক খেলাই থোংদা মুকমৈ নারিন শোম্না সীংতুম নিংকোয় থৌনা য়েকপিরমলবগা অপক মহৈ অনি-মকপু রায়েল কারন চলহলগনো। মতৌ অম্নম মথং মথং খৌরম মতোল লোম্না নোংতম বিরমলগা সংখোল মাপলগুবা কীমক য়াইরঃ চানগী দুলাই থক্তা চিঙঙ্ মনিং তম্না তোংবংলবদা পাকল জিলা নিংথৌস্নু চেংলৌ মিকুপ মরুমদা য়াংনা কাওরক্লগা লিম্নাই মশেক লিশিং অমনা চিঙঙ্ থক্তা খাম্নরে। তম্বা লৈমা

খুবী য়োয়বু লৈল্লেমনা য়াহমলকএ। ইপারী খোয়ুম অসিববু ঐগা চেংলৌ শক উরমল্লে। পান্নিনা নোংখোং কোইখিবা খিংলৈ নিক্না তেনা কলৱাইরক্লগা মপাল পালেম মমা ঐবু চেংলৌ শক উনদবগী খুংশি পুক্লিং কায়না মিকপলকৈনে। খোয়ুম নখোয়না ইপারিগী খুংশি পুক্লিং কানা পাওখেম্বীও। ৱারম অমুম হায়রম্লগা মপান্নি লাংলেন ৱাবিহল খোয়ুম অসিববু তেংথানা মিকপলমএ। অছু নোংগীবু তম্বামিকপপুং পুংলেন অমতৈনা খোল্লম্বনে। পুংলেন অহুনা ইঙা কুমথাইনা ইঙেল কৃমতমনরি। কুরুম সীদবনা মশানৌ লৈমরেনবু কৈরা তান্দা খোংনা পাওখেমথিএ। হে শানৌ লৈরাং অতোনবীও। ইপারি মিরাইবা ইমোম চান্দবা নত্তে। হয়েং নমুপোং তারকলবদা শাগৈ শালাইহলবা ওইনা ইরাংনসনো হায়বগী খোরম অথুম্নদা চিংঙু ঐনা সংলৌ খোরাংজবদা সানৌ নংনা পুক্লিং সামখংবিদনা করিগী রারোয়বনো হায়না পাওখেল্লে। অছুনে ংগীসু চিঙ, পাওখেমপুং পুংলেন অমতৈনা খোল্লমলে। পুংলেন অহুনা নোংখিল অঙানবা হায়না নোংতম্নরিয়ে। খোয়ুম অসিবগী সমু ওইরোম থাবী তম্বা য়াইখুরেম্বীনা পিরেনখকমতনা রারোয়-লৌএ। মমোম য়াইখুরেম্বীগী খুংশি পুকনিং মতৌ কপলৈ তাববু মিংয়েংসান খৈরবগী তম্বা সাকোংকদবীদী খাম্বী ময়ায় রিকুম চোংথোকরক্লববা মমোম য়াইখুরেম্বীবু কৈরা তান্দা খোংনা খচাই লেংঙল চুপ শমলাং তোনকনাননা পাওখেখিয়ে। হে ইমোম খুংচানবী নংবু উনবী পুকনিং তপও। নশাবী খোয়ুম অসিবদি লৈরোন নোংলোল মরোল তন্নাগা মরিমকপু পারীগী কোক্তা খোংনা পুরিবনা নপাল ঐগী নোংকাথৌ অসিদা চেংলৌ শক উনহৈদে যাকেম লৈখোং পিকতৈনে হায়বগী পম্পাল খাগনা

হুলানখোক্লবনে। হায়েং শগৈ শাগাই পুম্নমকপু শম্বু খুত্তা থুন্না নোংঙগীরক্লেনে। মশানৌ পাখং য়োইম্বদি নমুপোং ওইবগীদি লৈখিসনো, খোইয়ুম পুম্নমক্লী, থাবাই য়াইবিরেন কসা য়াইনিংখৌ অক্তবা মহাক্নে। পারি খোইরুম অসিবা মহাক্না, পাখং য়োইরেম্বগী সা মখোং খাদা খৌরাই লাম্না খৌগীদমকপু ক্রো লন শারক্লেনে তাইবং থবাই পানবা খিবিকী, থবাই পুম্নমকপু লানবিরগদবা ইমোমনঙ্গি নখংলেনে। রারম অসি খংনা ইমোম নংবু উবি পুকনিং তপও। মত্তৌ মত্তং অমুমনা পাওখৈম্ন হায়বগী খোলেন লৈমাং পাওখেমপুং পুংলেন অমা তৈনা নাতৈ লৌনা খনমলে। মিংয়েং নাওগুম্বা য়েংবদা মুংশিবা আকনবা মিংয়েং নত্তবা পাম্মু মিংয়েংবা খোমলেন তুমগনবা, চেংলৌ মিকপ থোকপা অসি খিবিকপু পুংলেন অমা তৈনা থনম্বনা ওসি কাওনা মুংশি মিংয়েং য়েংবা তুমনিংবা খংরিবনে।

মপারী পাখং য়োইরেম্বনা খোমলেন লৈমরেন শিদবীদা মহৈ লন নিখি, পাইমা নিংশা খিকাম্নবা থৌচান লন কুবিরম্রে। হায়বগী নিংসা খিকামপুং হামনা মিংথোক্লখনে। পুংলেন অহুদগী লৌবনা থবাই মিহুম্নরিবনে। পুংলেন মরিমক মক্তিক পাক্তম লৈতবা কননা হায়তুনা শিংথাহুনা লোইঙম লোইদবনে। লোইরেন মরিমক থেলেন মরিমক খোংলেন মরিমক, লৈজখিসনো। নোংকা খৌরম খৌত্তোন লোমলক্লবগী চিংঙু শিদবনা রাহমলকই, হেমী মকু পুনসিবা উরোক লৌশিংবা ইপারী নখোয় অনিনা পারী পাখং য়োইরেম্ববু লোকলৌসানা লাঙ্গোলবিরকও। হক্লে নমুপোং শেমলাইতমগী হয়িচক আহানবা চংলক্লগা চেক্লা নখোয় অনিনা চিংঙু ইকমলেন তাম্না পুখংপিরকই ও হায়না শিনখোং

থিকিকপু পাওমেন্নবগা চিংঙু য়াবিরেন শিদবনা লাবা নোংলৈফগী মিরেন য়াইকারকপু ইন্না অন্নাং নোংলৈপাক্কী থোইমরুয়াই কোন্নসুন্বু ইডানখিরে। চিংঙু য়াইখিরেন সিদবনা চহি কুমশিং লাশাতারাগা. নিপান লিশিং নিপান চানিপাল চুপ্পা কোহংকো অহানবন্নু থৌদোক্কা শান্নরমই। ১৮৮৮০০।

## অনিশুবা তাংকক।

খোইহংকোদা পাখং য়োইরেম্বনা কংলা থোল তরেৎমক্কী থোবলাংনৈদা খোইয়ুম পুমমক্কী লাইনিংথৌ ওইনা মা যম্বাল লাংবু থোংলে। খোইয়ুম পুমনমক্কী লাইনিংথম ওইনৈএ। মশানৌ য়াইখুত্তোন য়াইস্নাবু শমু ওইরোম থাউয়ে। খোইনৌ মী ময়োলা নিন্দীরবী নিপানা থোগলিয়ে। য়াংতৌ পোকমবী খোইনৌ মতা নিপানগা কংলা শংলেন মুংদা পাঙ্গা তোই তাওনবি ইজবনা পন্দোন লোমভম লোইয়ে। তরু-তরুবী মতা নিপালমক্কী ফিজেক্তি চিনফি লাইফি লেংলে। তাইবঙ্গী ফিশেৎনা তমজনিডাইনে। শান্নিং তোংলৈজরেং, হেক য়েংবদা তোঙানিনা কজবী। লুতং তাবা কজবীশিং অতুদাশমজিহুক তুংথাংনৈ, থাবাক ঙাইথোম্না লিকশি পংং হেল্লে খুতেন খুতাংতা কোনোই খুহি মনিন নাইবা খুদ্দহিশিংনা থেংনবদা শেন্দাং চেকরাইগুবা চেকচেক কিককিক লাওবা খোলশেন্না তানিংবা খোজেন মুংনিবদি শিংথা ওমলোইয়ে। লৈতেং মশীং য়াথংঙেয়ে। খোইয়ুম পুমনমক্কী য়াইফ মথোই কানবী চৈনৌম্ন মেখরাং বোন্না লিকলৌ খাংলি খাংনবনৈ।

খোইনৌ লৈয়োল লাংগুমনা তনৌবী মতারোই শিঙ্গী চেংলৌ শকথোং থাবদি কম্না ইওম লোইয়ে। মা য়াইকোনন্নুং অসিদা

তাইবং পুমনমক্কী থরাই য়ায়বিরেন মণ্ডা মিরেন তরুকমক পুক্নিং চোনখিৎথো তরেৎমক মিরেন য়াইকরক থোংলেন তরুক তুনা লোংতম্বীরমল্লে।

থোংলেন মপানববু থোংচি নাতৈ লানহৈদে! শিংলেন লৈরাং নিপালমক লৈরাং মতিক কনববু শিংলেন লৈহেক লানহৈদে। ঙামিৎ চয়োল তরেৎমক মুনিৎ খুকম হোংফরোই। থাজ তরা-নিথোইনক থাবাকারন চৎফদে। চরৈ মফিশেত্তি পাইমা শিনয়োম মুংগী পুজরকপা হেন্না শেৎফদে। মা য়াইকোন মুংগী খোইয়ুম লাইনিং নরনপুং লাইজ ইরেন পুংগুম্বা শুপথোইবনে।

খোইনৌ মতা নিপানমক্তা হাওসি লুসিংশিবীদি লৈরাং শক ময়োল। আপাম লৈময়োল। আপাম তংতুরৈ। মুংশি লৈময়োল। হারাও লৈময়োল। চান্না লৈময়োল। উনবী পুকনিং হুনরৈ কৌএ। শিংলেন লৈরোং তরুকমক অসিদী শিংলেন মচু থাফদে। য়ুমজাও ঙানফম লেন্দা খোইনৌ মতা তরাতরুকমক্তা থেরাং তোই-তাওনবদি নিংথি পুকনিং হুবগী মশকনি। চোইনৌ থরাংনি থরাংনপনৈ খুরৈ খোংখুমননা চরৈ ফিশেৎলে।

খোইয়ুম পাখং য়োইরেম্বগী চরৈ মফিশেত্তি মপল কুরুশিদবগী কোকলেন লুহুপ য়াইমরুবু শমু খুৎশিন্নরমই। থাংতিল নংলা মাপল তিন্না শুংচিল য়াইমরু মুংতাই তরাতরুকগুবা কাংকোই মিতম লৈনা শমু লেংলোই খোথাংনৈ। চরৈ নোংসুমপাল অঙোনবু নফিশেৎনৈ মানবী মহাকশাং লেপ্পুরৈ সাংতাননবদি শমু লুহুপ ১০৮ ময়ুং মণ্ডান মান্ননা নিংথিজৈ। চরৈ মফিশেৎসু অঙোবা মশেন্নে। লুহুপ মণ্ডান নাঙৈবা মশেন্নে।

লোইতাম থাজনংদি অহিং ক্রৌ নোংপুম আমাবু পলেম লমাগী কৈরা মতমপাক্তা থোমলাং অচানবা থিকলেন মাইয়োক্লনা অক্লা পোথাজৌও। ক্রৌ নোং অতু মুমিৎ মাদি থাসি অমলবগী হিংজরেং থামম থায়োংপা হায়না কৌনসনো। নঙাল অবাবনা থাজা মপুং ফাববু থানিল মপুংফাবা হায়না কৌনসনো। শিংতমতগী লোইতাম থাজ তরুকমক্লা অহিং মুংথিল অমবু ওইসনো। অশোও মারে থা তরুকমক্লা মুংথিল অঙানবা ওইনসনো। মুমিৎ তাও-হুইরেং অহনবা নংগা নশানৌ তরুকমক্তা ঙাইয়োইননা লেংঙল লেংশিল তম্না থোংকাপ থুক্ম মিকুপ নাহুম অমতবু লিথে-হনগনো। মুমিৎ অনিফাং থাজা অনি লোংনা মিৎয়েং শানথৈ-ফরোই।

পারি নংগী খোংচত্তি লোইতাম থাজ তরানিথোইনা ক্রৌ নোংমতা অনে থাজা চামা কুম্না ক্রৌ মুমিৎ তরাতা আনে। লোইতাম থাশিং চহুম হমফুনা লোইতাম থাবুম অমতা আনে। থাশিং চা তরা-নিথোইনা চহি কুমশিং অমা ওইনঙেনে। লোইতাম থাজা লাখাং অমা লিশিং অনিনা চহি কুমশিং তরাতা আনে।



চহি কুমশিং লাকলকপা অসি তরা মশিং অশিনা তরা-তারগা চাকৌনঙেনে। চামা মশিং তরাবু লিশিং কৌনঙেনে। লিশিং অসি তরাবু লাখাং কৌনসনো। লাখা অসি তরাবু লাটিং কৌনসনো। লাটিং তরাবু লাম্ব কৌনসনো। লাম্ব তরাবু লাকক্ কৌনসনো, লাকক্ তরাবু লাঅক কৌনসনো। লাঅক তরাবু অক হায়না লোম্নরসনো মতৌ মওং অম্মা রায়েল অয়াম্ববু চিংঙ পুরে হনবনা লোংতগীরম্রে। মতম অসিগী চহিদি। =৩ৡ অসিনে।

## অহুমগী মতুংদা

অহিং মুংথিল নোংগয়াই লকয়েল ময়ুথক ভেংকোং পুজা বোংঙাল য়াচং. নাহনবা থাসি অমমবা থামম থারোংপা, কুমশিং ময়াই থাইনা অইং খোংকংথা অশাও অরেথা থায়না পাল্লকলে। মতম ঙ্গায়েল পুম্নমক চিংঙু পুরৈহনবনা ঙ্গায়েল থৌদোং লোয়ে।

## অহুমগী মতুংদা

পাথং য়োইরেম্বগী শমু ওইরোম থাবী লৈমরেন য়াইথু তোম্না মমোম থারৈমু, মপারী শাজিবা অনি পোকনা মুঙাইনা পাল্লরে।

## অহুমগী মতুংদা

মশাবী লৈকোয় লিংথৌ ক্রৌ নোংথোং কোইথিবমু থিংলৌ নীঙনা তেনা মগান য়াইদা ঙ্গাইথুংলরে। মপাল কুরুমশিদমগী চেক্লৌ শক উত্রবদা মশানৌ লৈরাং অতোনদা ঙ্গাহমলক্লে। শানৌ লৈরাং অতোনব-ও ইপাল য়বুঙেঙ্গা চিংঙু য়াইবীরেন মকুবু মাইকৈ কদোমলোম চৎথ্রবনো। মপারী ঐবু ক্রৌ নোংথোং কোয়রু হায়না থৌদোক্লগা শানৌ লৈরাং অতোনদদা মা ফজ্বাল নাংবু শমু- খুৎশিন্নরমলগা মাইকৈ কদাগ্নরমদা শাথুপল্লিবক্লে। ইপাল নংবু মুংচাল হৈত্তেদা পামু হুলান লৈতেদা নোংতম পয়ান্নু পেত্তমএ। মুরাঙাইথোং শিনম্নুরুকমু শেনতমগ্নে। হায়না মনেম লৈদা ওন্না থোইনা মিকপথি। হে ইপাল ইবুংঙো পামু তত্তুরৈ নংবু, করম থৌকাও ঙমসিবনো থৌকাও ঙমলোইগ্নে হায়না তাংচা

মরায়বক্তা শমু খুংনা নম্না মিকপ্পবদা লৈমা য়াইখু তোম্না থৌথাম-
খিয়ে। মিথয়েং তেমপাল থানা য়েংফনবাও করিগীবু পাইমা রারৌ
চাওবনো উনবী পুক্লিং তপ্পা চৈরৎলো, চিংগু কুরুম শিদবনা থৌচান
লনকুনিংবা থৌরম অমবু লৈবনা থৌরম অসি থোক্লরবনে হায়না
থামজিংউদা মশানৌ লৈরাং অতোনবস্থু চোইনৌ স্না মেলাং চান্দগী
কুমথরক্লুনা মশাবীগী শমু নাক্তা ফম্না রাহমজখিয়ে, শাবী লাংলেন
য়াবিহন নংবু উনবী পুক্লিং তপ্লো। চিংগু কুরুমসিদবগী নোংতম
মরায়েংবু কননা সানখঙ তমলগবনো, পঙনা সানখুং তমলোইয়ে।
চোইনৌ স্না মেলাংচান অসিবু থোইবা অমবু শাবী নংতোন্দা
থৌচাল লনকুনিংবা অমবু লৈরিউনে মওং নত্তো অম্নুন্না থৌথাম-
শিল্লবদা মশাবী লৈকোয়নিংথৌপু, চিংগু নোংতমবু ইত্তানখিরে।

নোংতমহনবা চিংকোয় মরি পানবন। পাওমেল্লকয়ে। শানৌ
লৈকোয়নিংথৌ নংবু মুংশি পুক্লিং চংনা য়ারোইয়গনো। চিংগু
মনোংতম নোংতম য়াচুমস্তুবনে। উনবী সেম্নোং নিক্তনা নাতাউনে।
লৈয়োন মুংলোন মরোন তম্নামরিবু লৈকোই নিংথৌ নংনা কোক্তা
থোংনা পুরিবনে হয়েং নমুপোং তারক্লবদা শাকৈ শলাই খুম্নোং
তরেৎবকী য়ুমনিংথৌ আথুপ্পা ওইনা নাশানৌ অতোমবনচিংনা
ইয়াৎ থৌনিউনে। থৌরম অসি খংনা উনবী পুক্লিং য়াংফরোইয়ে
চিংগু নোংতমগী থৌরম থৌথাম উরবদা মশারি লৈকোয় নিংথৌমু
থীংলৌনিকনা তেনা মরানয়াইদা হনয়াইখিরে।

## অহুমগী মতুংদা

খোইয়ুম চিংনিংথৌনা চিংবুরোই, তমবুরোই চিংলেন পুন্নক
শেমবা লোইহুনা খিংসৌ নিকনা তেনা হল্লক্লে। কোংয়াং য়াথাক্লবা
পামেন উথক্লবস্থ হল্লক্লে। তমপা লিরি লিকোংবীনা শংলৌ

য়েলাং মখল মথেন কৈনা য়েম্বারুবস্থ মমানয়াইদা য়াইথুংলয়বগী শংলো য়েলপাও তমখি। ওয়েন লাবা, পানথোক, য়েমতেম, ককসায়পাল লিংলয়ে। ফুনিন, য়েনখুমাং, য়েনপুম, লৈহৌশং তালা উয়েন্দ ককচাক খোম্বী, লাইচায়েল, কমপোংয়েল, শিভঙ্ হারায়েল, খাংখা খামেল, লংমাই য়েলখা মুমিং হংকাম নাপাকপী, তেক্তা, উনাইবা, য়েলাং মনা চাকবা শংলো মরু তংফবা, কোপী নায়োম্বা। মালেম অলুপতা পানবা অলু শংলো য়েলশাং মরু তংফবা পাম লুকাবীনা চিংনা শংলো মরম চামা নিপালমকস্থ শংলো য়েম্বারুয়ে, হিতাক মরম চামা নিপাল মকস্থ লায়থুং চামা নিপালমকী লাই-কোরুবা অমল শিকুম্বা হিদাক মশীং মুনা থায়য়ে। য়েল লৈমখি য়েল্লুংবী ওইরশিনো হায়না নোংতম্নয়ে।

পাথং য়োইরেম্বগী শমু ওইরোম থাবী য়াইখুতোন লৈমরেনসী মমোমলোই থারৈম্থ অমনা মপারী শাজিবা অনিদী সচিক লাননোম্তম্থ ওইনা লৈখ্রে। মপারী সচিবা মহাক্তী থাবা লাননোংখায়বু ওইনা লৈখ্রে। থরাই পুম্নমক্কী লিক্লা ইহুল থৌবু নোংতম্নীরুভেনে হায়না মপল য়াথং ইনখ্রে। অতুগী মথাদা মপারী কোরৌহনবা নাও-নৌরক্লে। আঙাং চেংলৌ শক্লোয় হেল্লে। নোংলাই নিংথৌ মমোম-লোয় লৈমা শংকুরেং নিংখিবীনা শমু ওইরোম, নোংতারেং অহেনবীনা সারেন য়েল্লোম থানা চোয়নৌ স্না ফম্বাল্লাংবু শমু খুৎশিন্নরমলগা থোইহংকো চক্কী চহি কুমশিং লাম্থ তরাতরেৎকা লিশিং হুমফুতরা তরেৎ হোখিতুনা মপল পাথং য়োইরেম্বদি ক্রৌ নোংকা থৌবু থৌরাং-ভক্লে। চিংঙু খোয়য়ুম লাই মুপা, নিপী মশীং লাকভমদনা অরাং নোংলৈপাকপু য়োনা থিললুরে। চহি অসি ১৬০৬০০ পান্নমই।

তয়োহংকো চক য়াইমবদা চিংগু ক্রৌ হনবনা খোইয়ুম লাঁইনিংথৌ ওইনা পাল্লমই। খোইয়ুম মহাক্কী রায়েল মরম অয়াম্বদি মতোল লোয়া তেংথা ওমলোইয়ে। চহি অসি ১৭০৭৭০ পাল্লে পয়ো হংকোদা কৌবরেন্না চহি ১৫০৫৫০০ অসি পাল্লমই চক মরি অসি লাই গীযুগনি।

---

## লাইদগী মথং মথং চংথরক্লনা মী ত..কপা।

হয়িচক। সত্যযুগ। হয়ি চক্তা অতিয়া সিদবনা নিংথৌ-কাংবা ওইনা অমুক পোক্লরে। কাংকম, খুৎলাই, লিরুং তেলতোংগা লোয়নলা লৈপাক ঙাকপা লাকই হায়বগী ইনিংথৌগী মমিংবু কাংবা কৌনা মিংথোল লম্বনি। কাংকম লৈমনা লৈমরেল কমপাল তোংই, মচা ইবুঙেঙা মাপল পোক্লা মুংঙাই মরাং কয়ানা চহি কুমশিং ১৮৮৮০০ অসি পাল্লমই।

---

মচা ইবুঙেঙা শিংগী মমিংদি:—(১) কোয়কোয়, (২) তৈমা, (৩) য়াংমা, (৪) তেশারোং, (৫) উরেন খুবা, (৬) উরেন হনবা, (৭) ঈরেম্বা, (৮) খাবা, (৯) লংবা মাপল অসিনে।

---

মচা ইবুঙেঙা মাপলনা মগু ইবুঙেঙা মাপল পোকই। মগু ইবুঙো মাপলগী মমিংদি:—কোয় কোয়না কবো পোকই। তৈয়ানা মৈতৈ পোকই। য়াংমনা—ময়াং পোকই। তেশারোংনা— তখেল

পোকই। উরেন খুবনা—পঠান পোকই। উরেনহনবনা মোয়রা পোকই। ইরেম্বনা—পাসা পোকই। থাবনা—থাকী পোকই। ১ম্নুং লংবনা—ইরঙ্গা পোকই। মশু ইবুঙেঙা নিপালনা মৈতৈ লৈবাকী অকোয়বা লৈপাক অমসুং দেশ নিপান্দা খুন্দাথিবদগী দেশ মমিং থোনথিবনী হায়রী তৈমানা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈহৌই হায়রী।

---

খুম্নুংচক। ত্রেতাযুগতা পাল্লম্বা মৈতৈ নিংথৌপী মমিং মথং: শিংনা (১) তৈমা, (২) তারি, (৩) শাকাপ্পা, (৪) য়াংকাপ্পা মরি। অসিনা চহি কুমশিং ১৭৭৭০০ অসি পাল্লমই।

---

লাংবাচক। দ্বরাপুর যুগতা পালবা মৈতৈ নিংথৌগী মমিং মথংশিংনা (১) ককশুবা, (২) তোংকোল্বা, (৩) পীতংকোয় (৪) লাম্বীচা, অমসুং শোপায়বা, অসিনা চহি কুমশিং ১৬০৬৬০০ অসি পাল্লমই।

কনচক। কলিযুগতা পালবা মৈতৈ নিংথৌশিংগী মমিং মথং—শিংনা (১) নোংদা লাইরেন পাখংবা। (২) খোয়য়োয় তোমপোক। (৩) য়োয়মোংবা। (৪) তাওথিংমা। (৫) খুইনিংগবা। (৬) পেংসিবা। (৭) কাওখংবা। নাওথংবা। নাওকোংবা। শামৈরাং। কোনথৌবা। নাওথিথোং। খোংতেকচা। য়ারাবা। [illegible]। নিংথৌচেং। চেলৈ লাম্বাবা। য়াংলৌ কৈফাবা। ইরেংবা। লোইয়াম্বা। লোঙ্গতোংবা। আতো য়োইরেম্বা। ঈরান থাবা। থরান থাবা।

চিংথংলাম্বা। থিংপাঙ্গ শেলহোংবা। পুরান থাবা। খুমোমবা। মোরাম্বা। থংবী লানমাবা। তেলহৈবা। তোনাবা। ক্যাম্বা। লমক্যাম্বা। তবুংবা। লোইরেনবা। পুনশিবা। নিংথৌখোম্বা। কোযবেম্বা। লমগায়ঙম্বা। নোংইল ফাবা। কবোম্বা। তাংজা-লাম্বা। আতোনচামবা। চলাম্বা। মুংযাংবা। খাগেম্বা। পুঙ্গাঙম্বা। পায়খোম্বা। চাবায় পোংবা। গরীবনিরাজ। থাগি লাম্বা=জিৎসাঈ। মিংথোইঙম্বা=ভোবৎসাঈ। মোবানঙম্বা=গৌরশ্যাম। চিংথংখোম্বা =ভাগ্যচন্দ্র। মধুচন্দ্র। লবন্যচন্দ্র। চৌরজিৎ। মারজিৎ। যগ্নসিংহ। ভদ্রসিং। গমভরসিং। নবসিং। চন্দ্রকৃতি। দেবেন্দ্র। শুরচন্দ্র। কুলচন্দ্র। চুরাচান্দ। যুধচন্দ্র। ওকেন্দ্র। অসিশিং অসি মথং মথং পাল্লকই কোনচক্কী চহি কুমশিং। ১৪০৪৫০০। তনি

নিংথৌশিংগী মমিংশিং অসি আঙ্গবা অসিনা অবেপ্পনি হায়বা ওমজদে, রাহৈদি নিংথৌবোন যেংগে হাযববদি নিংথৌরোন কুম্বাবদা এয়েংউ হায়না থেংনজে অতুবু লাম্বা ফংজদতুনা আফংবা থবনা ইজরে। আশোয় আঙাম অরাৎ আপা চিৎথবা লৈববসু অথং অহৈশিংনা হাপচিল্লবীগনি নিংজৈ।

## তাইবং মী হায়বা ঐখোয় অসি কদায়দগী লাকপনো।

চীংও খোযয়ুম লাইদগী অসুম অসুম চাতা নাওতারকপনে; লাইগী মচা মগু ঙাক্কনি। তাইবং কৌবদি য়াইবীরেল শিদবা ইবুংঙো মহাক্কা মীওইবা ঐখোয় পুম্নমক্কী ময়াঈ ময়োল ওইবনি। ঐখোঈ মীওইবা খুদিংমক অসি ইবুংঙো মহাক্কী মচি অনম্মং মতাইনি। মরম অতুনা ইবুংঙো মহাক্কী মচি মতাইদা পংনা পাল্লি

হায়বগী তাইবং কৌবনি। মী কৌবদি ইবুংঙো মহাক্না মণ্ডাল অমস্থং মমিনি হায়বগী মী কৌবনি। খুদম ওইনা হায়রবদা য়ুম্ অমগী মনুংদা থাউমৈ অমা থাল্লগা কক্লাং অহোবদা থাউমৈ অদুগী মশেক মণ্ডান ময়াম অমা ফুদোক্লকপগুম্বনী চীংঙু ইবুংঙো মহাক্না মৈয়াই ময়োল ওইবা য়াইবীরেন্নী। মী ওইবা ঐখোয়না থাউমৈগী অকোয়বদা লৈবা মণ্ডালগুম্বনি। য়াইবীরেল শিদবা ইবুংঙো মহাক্তি তাইবং থরাই পানবা ঐখোয়গী থরায় পুমনমক্কী থোক্লকম হল্লিফমনি। মরম অদুনা তাইবং পান কৌবনি। অসিগী খুদমদি মুরাপাল্লি লৈপাক হায়বা অরিবা লোল অসিনা তাক্লি। লোল অসি নৌনা হদোক্লবদি মীনা লৈবা লৈপাক হায়বনি। ঐখোই মী অসি ইবুংঙো মহাক্কী মওংনি হায়বগী নমু তাইবং মী কোবনি মরম অসিনা তইদংদা পোক্লিহ্না নমু পোং খুদিংমক মী ডাকনি।

## মৈতৈ মীতৈ করম্না খ:ইথিবা

খোইয়ুম লাইফগী মথং মথং চাতা নাওতারক্লিবা মী ঐখোয়না লোইবী চীংলোন মাপলগী ময়াই খোইদৌদা তাই হায়বদগী লৌরগা মৈতাই কৌই। অমনা মালেম্মু পুরিবা পাফল লিলা নিংখৌগী মকোক্না মমৈগা অনিনা তাইনফম, মমৈবু ম:ানা চিঙ্লো মালেম্মু পু রবা পাফল লৈপুবা অসিনম্মু মালেম=পৃথীবী পুম্নমক্কী থাইদৌনি হায়বা ডাকলি। মরম অদুনা মৈয়াইদা তাই হায়বদগী লৌরগা "মৈতাই" অশম্বা লোন্দা "মৈতৈ" কৌনা মিংখোল্লম্বনি। মীতৈ কৌবদি মী ঐখোয়না আ: হায়বদি অরাপ্পদা তাই হায়বদগী লৌরগা মীতাই অশম্বা লোন্দা "মীতৈ" মরমদি অসিদা পোক্লগা

শংখিবনি। খুদমদি ১দগী হৌদনা ৯ শুব' খক য়ায়োই। (খুদম) মৈতৈ ঐ.খায়গী হৌনবী মীয়াম তিনবদা য়েংবিয়ু হায়া লৈরম্বা মীনা কোয়া লাকপা ম বু হংবা তারবদি "মী অতৈ-অতৈ কনা-কনা লাকপগে য়েংউ" হায়বা অদি শাইদনমক হায়নরিবনি হংনরিবনি। মর। অসিনা কোয়া লাকপা মীবু মীতৈ কৌই।

## মৈতৈ য়েক (৭) তরেৎ

মৈতৈ ঐখোয়গী যেক তবেৎ হায়বা অসিদি অহূঙৈ মালেম শেমদ্রিঙৈদা ইবুংঙো মহাক্না মালেম শেম্নবা হাবহূনা, চিংঙুগী স্না হকসা'দগী হাযবদি শমু মহাকসা গী উনসা কুরা'পাল (৭) তগী পুখোকখিবা লাইশুরা তরেৎকী মচু তবেৎ, ময়েক তরেৎপু য়েক (৭) কৌই। খুদম ওইনা য়েংলবদা:—কোবৌ থক্সা খোক্লিবা, নুমিৎকী অকোয়বদ: লৈরিবা খবীমুন্না মচু তরেৎ শুবগুম্না সাইশুরা তরেৎকী মচুশ তরেৎ শুই। অসিদসু নত্তনা মালেম অসিসু সমত্রু ইরম তরেৎকী মৈয়াইদা তাওহনা লৈ। অহূগা তাইরং ঐখোয়শু উনশা কুরাং পান তরেৎনা শরুবু য়োমই। ঈবম তরেৎনি, খোংলমস্ত্র তরেৎনি। পোৎশক্তদা অন্নি অনৌ, অচৌ পিশক খাইবনি, পুন্নমক্তি অমত্তনি।

## শাগৈ শালাই

শাগৈ শালাই কৌবদি অহূঙৈ মলেম লৈশেমদ্রিঙৈদা ইবুংঙো মহাক্না সনা হকসাং কয়াৎ শুংদগী মাপল খোক্লা খাইদোকখী হায়বগী শাখাই কৌবনি। অমদগী মাপল খোক্লা শম্বখি হায়বগী

শালাই কৌবনি। তাইবং এখোয় পুম্নমক্কী অপুনবা ওইবা ইবা তরেৎ, ইপা মাপলনি।

## মাংখ্রিবা খোম্থোক অমস্তুং পোৎশক।

মৈতৈগী য়েক তরেৎ শালাই মাপল হায়বা অসিদি অহৈ মালেম শেমখ্রিবৈডদগী মথং মথং চখরকপনা ওসি কাওবা মুত্তরি। তৌইগুম্বস্তুং কম্না পাংখংবা য়াইবিরেল শিদবা ইংংভো মাতোনফী মথং মথং লাক্লিবা মালেম অমস্তুং পৃথীবীগী মকম খুদিংমকগী হিরগুম্না ভানগদৌরিবা মৈতৈগী যেক শালাইনি। হায়বদি শালাই পুম্নমক মিংথৌ ওইরকপা ভাক্তনি

### চিংনদনবা

য়েক্তি তরেত্তনি. শাগৈ শালাইদি মাপলনি; অনিগী থুপকমদি অমনা থরাই; অমনা হকসাংনি। মরম অহুনা তাইবংগী লৈরিবা মিংনা হেক উবা পোৎশক খুদিংমকসি চিংগু মচিন মনাওনা শান্নবা ভাক্তনি। হায়রিবা মতাং অসিদি তাকতুনস্থু খংদবা, য়েংহুনস্থু উদবা, য়ামনা নঙ্গা লাপ্পা, অয়েপ্পনা খংবা মতাংনি। মৈতৈগী লোল অরিবশিং অসিবু য়ামনাকুপ্পা য়েংশিন্নবদি অরাংবা শরুক্তা নত্তনা লৈখা তাগদবা খোইনা উজদে। মরমদি শাগৈগী পীবা হায়বা লোল খোম্থোক, অমনা মুংপাল লুরাং শালাই হায়বা খোম্থোক, অনি অসিনা তাক্লিবা "পীবা" হায়বদি মপি মপা, মপা মমা মশক খংবস্থু "পীবা' কৌই। মুংপাল লুরাং শালাই কৌবদি:— মমুং মপাল তুনা খংই হায়বদি মথরই মমিরেনবু মশক খংবা

হায়বনি। হায়রিবা অসিদি চৎনবী লোন্দা ব্রাহ্মনবু হায়বনি। ব্রাহ্মন হায়বস্থু সঃ ব্রাহ্ম জনতি "ব্রাহ্মন" হায়বনি মপা মমা মশক থংবা মথন্নাই মশক থংববু ব্রাহ্মন কৌই। অদুগা থাংদিনা লংলো মাপলনা লেংলোই খোইথাংনৈ হায়বিবা অরিবা লোল অসিনা থাক্লিববু মুগুলস্থু মছা মাপল থাংডমই হায়বি। অমনা নমশা তন্দনলেন নমশা পাক্লে থনবা হায়বিবা লোল অসিনা থাকপনা। চেনবা লোন্দা চণ্ডোনস্থু থিল্লমই হায়রি।

## মলেম (পৃথিবী) অসি করম্না লৈবা।

অদুউৈ তাঙবংপানবা পুম্নমকপু শেম্বিবক্লিবা ইংংগো মহাকাশ অহাল লৈনা লিশিংগী মথক্তা লৈশেমখিবদগী লোনগা মালেমা লৈমারোন কৌবনি। লৈগী লৈমিং লোবগা লৈপাক হায়নস্থু কৌবনি। লোইবা চৈং খুদিংমক্লা থম্বালগী লৈনানি, লাইফম খুদিংমক্লা থমচেৎ হৈকনি। থমচেৎ হৈক মন্নুংদা লৈবিবা মযোল অত্তনা অম্লিনি। ভৌইগুম্বুং মযোলদগী মমিত্তা, মতোন থোক্কনি। মতোন থোক্লবদি মবা থোক্কনি, মবা থোক্লবদি ওঁ কাব প্রনোপ থইরবনি। অদুনদি ওঁ কাব প্রনোপগী অম্লিনা হাল্লি। অদি শৈবদগী ওঁ কার প্রনোপ লাকপনি। মাসি লেংবা মাত্রনা খুদমনি। লোইবী চৈং খুদিংমক্লা থম্বালগী লৈনানি হায়বগী খুদম অমস্তুং চাংদমনি অলাম পুনে, নোংম পুনে, চিংডা লমতায় পুনে, অহুম অসিনা কোনবা অসিবু মৈতৈ মা লৈময়োল কৌ দি অসিনি। লৈথক হাম্নবা অসি মঙ্গী মবোন্দা সর্গ কৌই। মসি সন্নানী নঙ্গোলচাংনে, হৈপোন চাংনে, নোংমাইচিংনে অহুম অসিনা কোনবা অসিনা লৈব্রাইনে। মার্তলোক হায়বদি লৈম্নায়নী। লোইচাংনে, অন্দ্রচংচেনে

মুকুন্দচিংচাওনে অহুম অসিনা কোনবা অসিনা লৈথানে। পাটাল মরোন অহুম অসি মাইকৈ খুত্তিংমক্তা ৩। ৩ লৈগনি অদুগা থম্বাল অমগী লৈওং তাগনি।

মালেমগী চীং খুদিংমক অসি মথং মথং লোনথংকনি। লোন থংকদবা মরোনথক্তি লোইচীংগী মথক্তা লাংকোনচীং লোনথংপা, লাংকোনচীংগী মথক্তা ললহানপুং লোনথংপা অদুম হায়না মায়কৈ খুদিংমক্তা মথং মথং লোনথংনরগা থম্বা অমগী লৈওং তাগনি। লৈপাক পুম্নমক্তা পুম্নগা থম্বাল অমগী মশক্নি।

## কংলা কৌবদী।

অদুদৈ কম্বা পাথংবা য়াইবিরেন মহাক্তা অচৌবা হ্মাংজ লীল অমা ওইনা শাওম্নগা মথেক মেফু লৈরেং শানা। কুফাইনা শাংলবা লৈরাং থম্বাল অমগী লৈওং ওবিনা তাংজ চুরেন তোনগী মকোক লুথমবু "কং" কৌই।
মমৈবু "লাঃ" কৌই। অনিনা পুনশিন্নগা কংলা কৌই। সংস্কৃত ভাষাদসু কংলাবু কৈকুম্বা কৌই।

## মৈতৈ কংলাগী মমিং

মৈতৈ কংলাগী মমিং কয়ামরুম ওই, মাপুদি কংলা নোংলৈয়াং, কৌবদি নোংমগী মনুংদা লৈনা হাংনা ফাওগংলকই হায়বগী নোংলৈয়াং কৌবনি।

নমথক শারোন পুং কৌবনি শিংজিগী মশক ওইবা পাকল লিজাই লিংজৈনা চুবী মংয়েক খোক্তা লৈপাক মাপল শুনা শিজি

পাকন লোনবগী তুবী মনম থক্তা মালেম লৈশা চিথৎলক্রে হায়বগী নমথক শায়োনপুং কৌবনে। মায়াই গুপ্তোংপাল কৌবদি লহাল নোং মালেম লৈশেমডৌদা লৈপাক ময়ুং মফে হেন্নদনা লৈপাক শাশেন্নমই হায়বগী "মৈয়া ইগুপ্তোংপাল" কৌবনে। মফম অসিদি ইনগী খুর্জি পেগী চহুমনে হুত্রেফমে হনদেফমে।

মফম অসিবু মীরৈপাক্লা মনিপুব কৌই। মনিপুব হায়বদি নাভিস্থোল খোইদৌ থাব্লাই পুম্নমকী থোকফম হঞ্জিনফম হায়বনি।

———o———

মযম অসিবু মৈতৈগী পুয়া পুবান্দা কংলা স্না য়াইকোল্লেন মতিক থাঙমত্রবা হামক চংথোলবা, য়াইমক থোইকোইবা হায়না থম্বীরমই লোন অনি অসিনা পুলশিল্লগগু পোংশক্তি অমতনি।

———•———

মরম অসিনা থোংঙাক অসি থেন মকোয় মুংশি মুংঙনচিং শ্লাবনা ফ্রে লাউবা ফম্নাচীং খুন্নংনা মিস্না থাবা ণুক্কচিং পালেম চামা শিবে, পস্থৌ চামা ঙাইনচীং নুবা চামা শিবে, পাথং চামা ঙাইনচীংও হায়না তেংথানরিবা অসি মরম অসি লৈবননি।

## অরাপ অনক লৌশিনফম।

মুমিৎ, থা, থরাইমিচাক্লা ঐগী মীগী থাইদবগুম্না মালেম লৈমা অসিস্থ অনি থোকফরোই; তাই ঐখোইস্থ অমতনি হায়না লৌগনি। মরম অসিনা লৈপাক লৈপাক খুদিংমক্তা শিন্নবস্থ

মথৱাইদি মৈতৈ লৈপাক্তা হল্লকনি। লমদম লাপ্পা চখোকলুৱবম্ভু ঋমদা হল্লকপগুমনা হৌবকপা মফমদা অমুক হল্লকপা, হৈখোংদা মরু কেনবা হায়বসি মশানা তাবনি।

## মরোল অহুমগী খুদম চাংদম্নরকপা।

কোবৌথক অহাংবা অসিনা সর্গ লোক্নি। পোংলৈকোন এথোয় মীওইবনা লৈবিবা অসিনা "ব্রহ্মালোক্নি"। লৈপাক (পৃথিবী) অসিনা মার্ত্তালোক্নি। কোবৌ, মালেম, তাইবং অহুম অসি চপ মান্নবনি, অমতনি। মালেম (পৃথীবী)গী মৈয়াইদা মৈতৈ লৈপাক্নি। মৈতৈ লৈবাক্কী কংলানা মালেমগী খোইদৌনি। কংলাগী স্ত্রবংনা ব্রহ্মাগী মশক ওইবা পাফল লিল্লাই নিংথৌগী স্বব হোনফন্নি। চৈনৌ স্না যোট থম্বাল থম্বাল লৈছমন্নুংবু থম্বালগী লৈনা লিশিংনা যোমই। অত্তুগুম্না লৈনাগী মশক ওইবা লোইবী চীং খুদিংমক্না (ইযু) ইবুংঙো মহাক্কী মনিক ফম্বাল লাংবু য়োমই হায়বগী "ইবুম্ফাল (ইম্ফাল)" কৌবনি। লৈপাক মবোল মাপল নোংথৌ মবোল মাপল, হকসাং কায়াৎ মাপল, লোইবী চীংলোন মাপল, নোংমাই শুংতাই মাপল, সনচীং মশুং মাপল, কংলা ফালনোং মাপল, ঋমজাও কযাৎ মাপল, অসিগী মতুং ইন্না দেশ লিপাকগী মৈয়াইদা মৈতৈ লৈপাক লৈ। মবম অসিনা মৈতৈ স্না লৈনযোল, মালেমলৈপাক পাম্বৈবেন কৌননি। অসিগুম্বা মফম অসিগা দেশ অতৈ অতৈগা অচা অথক, মহৈ এবো, অইং অশা করি অমতা মান্নবোই। মথক মখানা মশক ওইবা নিরাকার ব্রহ্ম অসিগা খুদ ব্রহ্মাণ্ড অসিগা অমতনি হায়না থংনবা ইবুংঙো মহাক্কী শমু

## অহানবগী খুদম

অমনা খ্বাইদগী ইহান হানবদা লিনগী হায়বা [illegible] লিনগী মলমলগী নিংথৌফি খামেনচৎপা থম্বীরমই। লিনগী মথাদগী মৈতৈ লৈমা পলেমগী চরৈ থাংচেৎ ময়েক নাইবা থম্বীরমই। ওসি ফাওবদা মৈতৈ লৈমগী চরৈ ময়েক মুত্রি। লিননা থর ইনগী ইহান হানবনী হায়বগী খুদমদি ঃ—মরিক অমত্তা ওইবা বিন্দুদগী ল-ই ওইনা চিংথোক্লনা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা য়েকপা ইবা য়ারোই। মরম অদুনা "ল-ই-দগী লিন লোৌগনি। অদুগা মখানগী লৈকমসু "লৈ-ই" নি। মরম অদুনা লিনবু পাখংবনী হায়না চৎপীরমলিবসি খাদোকপিরগা থরাইবু পাখংবনী হায়না লৌবিরু! হায়বদি মী ওইবা এখোয়গী থরায়দি হম্বদে, হকসাংতন হনম্বনে। থরাইদি নহাতা ওইনা লৈ হায়বগী নহাদা পাখং কোনা মিংথোক্লম্বনী। হায়বদা থরাই হায়বা অসিদি নহা পাখংতা ওইদুনা লৈ, লপীমচা লৈপাকতা ওইনা লৈ। মরম অদুনা মী ওইবা এখোয়গু হুংভাহবগী রখন্দা পুনশিদুনা হিংনরি।

## অরেম্বা মফম থিবা

পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তগী কংলানা খরাইদগী মংবা হেল্লি। খুদম ওইনা শিবা তারবদি মরাংদা পিগনি। অগুমবা পৃথিবীগী মৎং ওইনা য়েংলনবা পুথোকপা তারগা য়েরুমদা য়েংগনি অমসুং পিগনি।

হায়বদি মালেম অমসুং পৃথিবী অসি শাইরোং মরু অমগী পান্দম্কি, শাইরোং মরু অমগী মহুংদা লৈমাই খুদিংমক অতোংবা ওত্তনি। অদুবু লৈপাক্তা তাহন্দনা খরা ওমদবনিকা, লৈপাক্তা

তাহন্দনা থম্না ওম্মদবনিনা লৈপাক্তা থম্না তারবদি খ্‌াইদগী মথক ইথংথংহা লৈমাই অহুনা মৈতৈ লৈপাক ওইগনি।

## মথোই অমসুং ময়োলনা ব্রাংই হায়বগী খুদম।

কোম্না হায়বা হৈ অসি মথোইনা ব্রাংগদ্রা? মথোক্না ব্রাংগদ্রা? মথোয়না ব্রাংগনি। খুদমদি মপাল কেনপ্রগা মথোইনা ইহান হান্না থিন্দোক্লকই। মশিন মপ্রোম্না চিংবা অতৈদী কোম্না চাইথোক্লকপা ওক্তনি। খুদমদি লেন্নফুদগী মহাও অহু মুংশিংনা পুখৎলক্লগা মথোয়দা ইহান হান্না থুংই মতুংদা মশিন মপ্রোম্নচিংবদা কোম্না চাইখিবনি। হায়বদি কোম্নাদসু নতুনা মীওইগা ঐথোয়গীসু ফক-সাংগী মমুংদা মৈয়াইথিগাংনা খরইদগী হেন্না ব্রাংই হায়বগী মৈয়াই থিগাংদা থ্‌াং কৌনা গিথোক্লম্বনি।

## অনিশুবা খুদম

মহুদি মীওইবগী অরোইবা মতমদা মাইববোম্না মতেং পিরি। খুদমদি খুজিংথাগী মিহুনসু, খুদাংগী মিহুনসু, মিহুল খুদিংমক লোইনা থোইদৌ মিহুন্দা পুল্লে। অসিগা খুদমদি লৌ যৈদোম অমগী মমুংদা ঈশিংনা থুমডিল্লরন্দা মৈয়াংদা চৈ অমা য়ুলগা চৈ অহুদা ব্রাহি, মুনু, ককচেং, খাপানচিংবা ওম্মক বাখৎলকপা-গুম্বনি। মরম অহুনা য়াইবিগেন্নে মেয়াইদা লৈ হায়বসি মফম খুদিংমক্তা মশানা তারবনি। সংস্কৃত ওইরবদি বেদ শাস্ত্রগী নিয়মদা হায়রিবা "বৃনবন পরিত্যজৎ এক পাদ নঃ গচ্ছতি"। হায়বদি বৃন্দাবনদগী থোংফম অমত্তা লেংথোক্তে হায়রিবা ইবুংঙো মহাকী

লৈফম অদু মৈতৈ লৈপাক্তা ওইবা তাই। হায়বদি হকসাংগী ফিগুপ অচৌবা মৈ ঈশিং ১সুং মুংশিং অহুমগী মতুংইন্না লৈরিবা ফিগুপ অচৌবা অহুম্নি। অসিগী মতুং ইন্না বৃন্দাবনস্তু হকসাংগী মন্নুংদা মফম অহুম থোক্না লৈগনি। অদুদি সুখময় বৃন্দবোন্না তাইবংগী লাংলেন ফর্ঙ্গীরেন অসিনি। শুপ্তো বৃন্দবোন্না লাইপক ময়াইদা ওইগনি। মৈথ্যো বৃন্দবোন্না মৈয়াই থোইদৌনি। তৌইগুবস্তুং মিরাংনা লৈবগুম্না মৈয়াই খোইদোদা লৈরিবা য়াইবিরেন শিদবা মহাক্না লৈত্রবদা মীওইবা ঐখোয়গী হকসাং পোংখাং অসিস্তু অশিবা হায়বা অদু ওইবিবনি। অদুনদি মথক মথা অনিনা মশক ওইবা নিরকার ব্রহ্মন্দা অসিনা কায়ত্রিবনিনা ইবুংঙো মহাক্তি লেংদনা লৈফম থোবই। মফমদি ওন্নরম্বা তাই।

## মন্নবা খুদমদা থিবা।

মাইববোম্নে, য়ুমশাবোম্নে, কোবৌনে, মালেমনে, তাইবানে, অসি অমতনি। হায়বদি য়ুমস্তু মাগী কায়াত্তগী লৌখোক্তনা শাবনি হায়না তাক্লি। মরমদি বোবৌ মালেম অসিনা তাইবং ঐখোয়বু য়োমই। অদুগুম্না যরাইবুস্তু হকসাংনা য়োমই। ঐখোয় মীবুস্তু য়ুম্না য়োমই হায়বগী য়ুম হায়না মিংথোল্লম্বনি। চিংনফম লৈতবা আ-মথক্তগী মথং মথং লৌরগা থোম্নরকপা মিংথোল তাক্তনি।

## পুম্নমক্কী চিংশিল্লকফম

হায়রিবা য়াইবিরেন শিদবা লেংবা লৈত্রবা চিংগু ইবুংঙো মহাকপু। ঐখোয় মীওইবা খুদিংমক্না মহাক মাহাক্কী মরোলনা

অরেক মিলদিবা ভাক্তসি। তৌইগুম্‌মসুং ইবুংঙো মাবু খিবদা খুদোং চাম-বগী পামবৈদি। ঐ হায়বা ইবুংঙো মাবু ঐখোয় মীপুম খুদিংনা য়াম্না লেকনা চায়া নিংলবা থরাইগী অয়েক্‌মস্থ মহাক্‌কী হায়না নিংলবজদা অইবং কনা কনাবু য়েংথিনরোইদবনি। তৌইগুম্‌মসুং (ঐ) হায়বা অসিনা লৈবদগী কোয়ৌ মালেম মথক মখা লেপলিবনি। অমম অঙান খায়ম্বিবনি। মরম অত্তুনা ঐ-ঐনা "ঐবু" য়াম্না চেকশিন্না চুনা নিংলগা হয়িবু থিবা। অত্তুগা শোনবনা বিষ্ণু হায়না শোনবা হায়বদি মরোন তরাগা মরিবু পাকস লিনলাই নিংথৌ মহাকনা তুনা পুখি হায়বগী ইবুংঙো মহাক্‌কা কোলোইবু তুবী কৌবনে। পুম্নমকপু তুনা পুবিরিবা ইয়াম্বগী মশক ওইবা ইবুংঙো মহাক্‌না ঐ ঐবু ভাকপি শেনবিষ্ণু হায়বনি। অসিগী মমুংদগী ভাকপি শেনবিবা হায়বা অসিনা থোগল লোন ওইনা থনমলগা বিষ্ণুত্তা শোল্লবগ্ন খোইনা অকায়বা লৈতে।

অত্তুগা ঐখোয় মাপুম খুদিংগী ওইনা অপুনবা ("ঐ") অমা লৈ। হায়ম্বিবা পুম্নমক্কী ওইবা ("ঐ") অত্তু দি, মৈ অমসুং মঙালগী মশক্তি। আকাশস্থ থমদবা য়েংদনস্থ উত্রবা অরেপ্পনা থংবা ফিথুপ অহুম ওবা, মথেক অহুম খোকপা, মরোন অহুম ওইবা, অপানবা চুম্না পশোকচুমনা ঙোরবা। হুংশিবা মনমনা লৈরাং থম্বালনা তমজবা। কনাগুম্বা, চিংডু খোইমুম লাইবু লাইনিং পরৈ চেৎপা, মী মচং ওইবা মাইচৌ অমসুং পণ্ডিতশিংনা য়াহৈ অমমুং খোম্ভোক লাইরিক ওইনা থম্বারমই। খুদম ওইনা হায়রবদা মৈ—ময়েকক্লগী ম—মমেক লোয়মাক্লগা =ঐ=মমেক লেমজোই। লোথোকখিবা —মু—মমক্‌কা লৈইচল—ঐগোয়মী মমাক [illegible] —মু না চুমিনা

অসিনি। লেমংহৌরিবা — ঐ — ময়েক্লা ঐখোয় মীপুম খুদিংনা শংনরিবা ঐ হায়রবা অসিনি। অপুম্বা ওইরিবা "ঐ" হায়রবা ইবুংঙো মহাক্লা মিয়াংনা লৈবগুমনা মৈয়াক ময়োম্দা লৈরিবা য়াইবিরেন শিদবা ইবুংঙো মহাক্লা লেংদনা লৈ। হায়রিবা "ঐ" অহুম্দি ব্রহ্মানি। পুমনমক্কী থোরক্কম, ব্রহ্ম অমসুং য়াইবিরেন অহুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লেংদনা লৈ হায়রবদি মখাগী শালোক অসিনা মতেং পিরি।

ককার নায়োক ব্রহ্ম, খকার শেষ বাচোক,
সকার নাস্রুদ্র সাৎ, নকর ধর্ম্ম বাচোক্,
অকার পালোক্ বিষ্ণু শ্বেতদ্বিপ মিবাশিন।

হায়রবদি শ লোক অসিগী অর্থনা তাক্লি মাচুদি — ক-না ব্রহ্মানি, হায়রি, অহু ও-রবদি মালেম অমসুং পৃথিবীগী মখম কয়ামরুমদা কোনুংবু রাজধানি কৌই। ঐখোয় মৈতৈ লৈবাকীদি কোনুং কৌই। খক্রানা আনন্ত'ন হায়রি, আনন্তবু মৈতৈনা পাখংলিলাই নিংথৌ কৌই। "স" না সংহরগী মশক ওইরবা মহাদেবনি হায়রি, মহাদেববু মৈতৈনা নোংপাক অচিবা শমলাং তাবুন্নবা কৌই "ন" না ধর্ম্মনি হায়রি, মৈতৈ ঐখোয়গীদি লৈপাক্কে। "ও"না সংসার পুমনমকপু পা'লান, শালোন, তৌরিবা হিংহলবিরিবা অমসুং তাক শেনবিরিবা ইবুংঙো মহাক অহু'দ ইরম তরেৎ, মচু তরেৎনা, কোয়না থৌগল্লি হায়রি। মচু তরেৎনা থৌগল্লিবা "কসনা" শাথংবনা লৈ হায়রবগী — কোনুং — কৌবনি।

## ম'সুগী খুদমদি

শ্রীকৃষ্ণগী নাম অসিগী ময়ুংদা—ক—দা তথিবা অনন্তগী মশক ওইরবা ঋ—ঙ্ক্রা অসি দৌথোক্লবদি কৃষ্ণ হায়না শক শোল্লোই "কসন" হায়না শোলগনি। হায়রবদি—নহাদা ওইহুনা লৈবা হমুনা লৈ চন্দবা, নহাপাখংতা ওইহুনা লৈবা "কন্না" পাখংবা চিংঙু ইবুংঙো মহাক্কী মমিংতা লৈকখতা হোংবনি, পোৎশক্তি অমতনি। অমত্তা ওইবা ইবুংঙো নহাক্কী মিংস্ক্র' খন্বাল অনিদগী পুথোকখিবা ঙুমিৎ থা-না কাংন লৈবা কারন চৎপাগুমনা মীইওবা ঐখোয়স্তু চৎপা মতমদা থোং-থুৎ কারন হাযবনি। মিৎয়েংস্তু কারন য়েংবনি। মরম্ দ য়েংথংবা মিৎকী শিংলিন' ওইথবা খোংবিদা শিংলি পাল্লি। ওইথংবা মিৎকী শিংলিনা য়েৎথংবা খোংবিদা শিংলি পাল্লি। মরম অহুনা কারন হায়বনি কারন য়েংবনি। পোৎশক্তি অচৌবা অপিকপা অমতনি, মঙংতা অচৌ-পিশক খাইবনি। মথক মথানা মশক ওইবা ইবুংঙো মাবু থিবা অমস্তুং নিংবা'ত রবদি, মীওইবা ঐখোয়গী হক-চাংদা থিগনি। নিংগদবা মকমনা নিংদোম্নি। পলেম ইমাগী শক্তম ওইরবা লোইদাম থাজগী মকোয়না থৌগল্লিবা থাজ-গী মচিলনা তম্ফম্বু থচিন কৌই। থাজ থাবুংনা ঙানকম্বু থাবাক ঙানকম কৌই। য়েংগদবা মপাদি মিত্তনি হায়বা খংনবা মিৎতা হৌবা তু-বু মমিং-পা কৌনা মিংথোল্লম্বনি। তাইবংগী অচৎ-চন্তা লেংই পাল্লিবা ঙনমক হকসাংগী মমুংদা লোইনা লৈবনী হায়না লাইরিকশিংদা থেংনজৈ।

ইবুংঙো মানা ওইরকপা "ঐখোয় মীওইবন। ওইরকপা" তুংদস্তু ওইরকুদবা অহুতৈ মালেম শেমজিতৈদা ইবুংঙো মানা লৈরাং থন্বাল

অমা ওই হ-না থম্না খেম.চাং অমা ওইনা থৌগল্লগা তরং লাইজ ইরোন মুংদগী ইপাল্লাংদা শাৎলকপগুম্না, তাইবং ঐখোয়মু পলেম ইমাগী পুকমুংদগী নাওফম্না থম্না খেমচোং ওই, ঐখোয় ঐখোয়না মৈরাং থম্বাল (১) অমা ওইনা শাৎলকপনি। ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল্লা পলেম ইমাগী পুকমুংদা শাওল্লকপদি। চিংঙ্‌ কুকম সনা চাংদা লাংবুম অনি লৈ। কুরুম সনাচিংদগী য়োইময়াই মালেম অঙানবা মুমিৎ কৌবা লাইনা লাংবুম অনি পুই। থা-না লাংবুম অনি পুই। থরাইমিচাক্না লাংবুম অনি পুই। মথক্কগী লাক্লিবা লাংবুম নিপাল অহু গুপ্না ফাজিলবিরগা ইপা-না লাংবুম অনি পুই। লাংবু তবা অহু পুল্লপ্না পলেম ইমাদা পিবি হায়বগী ইফা কৌবনে। অনৌবা লোন্দা ইপানে অসিনা মথক্কী থুংশা তবানে।

ইপানা ইমাদা পিবিখিবদি শম্বুম অসিমনা মাপল্লক থোক্লা খাইদোক্লগা শম—মবিক অমা পিবিগনি। অহুগুম্বা মবিক অহুগী মচিন্দা ইবুংঙো মাগী মথৈজাল্লা লৈমলৈ ঙাগুম্না শাওল্লগা শমচিল অহু চিক্লে অগুম অগুম চৎলে। চুপপি মবি পিবে ফেচৈ কাবন লক্লে। য়ায়াৎ মাপন য়া-নে, শংগাহ শংলেন শেমলে। চুপ্লি মবিদ খোমথাগী মিঙুন অনিনে, কমখোং মিঙুল অনিনে অসিনা। মিবাংগী মবিগুম্বা শমমবি অঙুন অগু-অগুম কোলশিল্লক্লে। মথেক ফৈবু মৈরাং শানা ফুকায়না শাৎলবা মৈবাং থম্বাল অমগী মৈলংলোবে। থম্বালগী মৈরোল মুংদা মৈহগুম্বা লেহি মৈফম্নরে। খোঙ্গোলগী পান্দমগুমনা শিকাগী নঙংগুমনা শাৎলে। কংকুপকুম্না মচিল অহুম লোংলে। কংজাংগুমনা শাওল্লে। খোংলোন মাপল ফাৎলে। মুনা লংলৌ খনবগুমনা লংলা পুমথাং লোনলে। খেঙ্গু-

শুমনা শাগল্লে। ওক্লেন পান্দমলক্লে। নোংশাগী শক্তমবু ওইরক্লে। হায়বদি শম-না তু-মান হৌরক্লে। শাওল তবা শুবদা চিংঙ,গী শকওং মান্না (নম্) হায়বদি মওং মান্না নমু পোংশক ওইবক্লে। পলেম ইমাগী পুকচুংদগী ইপাল্লাং লময়াইকাদা শাৎলকে। মতৌ অশুমনা ঈগী মশকপু মাংহনবিরগা মীগী মশকপু পুথোকপিরকই হায়বগী (ইমাং) লোলনৌদা ইমানে। মথক মথা অনিনা কাগুপ্পা চপ্পগা গর্ভ মরু ছল্লকপনে ইমাগী থৌদাংনা মথাগী খোংশা তবানে। ইপা ইমা অনিগী থৌরাং ইম্না শেম্বীবকপস্ু মতাক্লী হিংহনবিবিবস্ত মহাক্লি। ছয়ি মহাক্কী মথৌজান্না পলেম ইমাগী পাঙ্গল নৈশৌ ওইনিহুনা তাইবং পান্দা লাকপনি পলেম ইমানা তাইবং ঐখোযবু নাওপু-বিরকপদি লোইতাম থাজ তবাতনি থানিদি তবানিথোইনি।

## থাবি তরানিথোইগী মমিং।

১। শজিপু কৌবদি তাইবং পানবা মপুগী মশা মচি কুকম সনাচিংদা লৈরমই হাযবগী শচিবু কৌবনে।

২। কালেন কৌবদি উকা মাইগোং হানা পলেম পন্থৌ অনিগী মথৌরাংনা পবিং লাংশংহল্লে হাযবগী কালেন কৌবনে।

৩। ইঙা কৌবদি কোংগোল ইতৌ অহুনা ঈঙাং ইশক ওইবক্লে হায়বগী ইঙা কৌবনে।

৪। ইঙেন কৌবদি ইঙা ইবানবু ইলে ঈনংগিল্লকে হাযবগী ইঙেন কৌবনে।

৫। থাল্লাল কৌবদি থাগা মশক ওইনবা পদোম মমাগ শম-নৈয়ে রাইনৈয়ে হায়বগী থরাল কৌবনি।

৬। লাংবল কৌবদি থম্নাই মঙাগা মীগা থা-না তম্নকমক লাংমুম ওইরে পুনশিল্লে হায়বগী লাংবল কৌবনে।

৭। মেরা কৌবদি মিরা পোংথক নম শিংশি পাফল থক্কা উনশা তোং চিংথৎলক্লে হায়বগী মেরা কৌবনে।

৮। হিয়াংকৈ কৌবদি পুকমুংদগী থরাই মাপল থোকই হিগুয়া য়া'না মপান্দা কোই হায়বগী হিয়াংকৈ কৌবনে।

৯। পোইন্নু কৌবদি পুকমুংদা অমুক হঞ্জিল্লকই হায়বগী পোইন্নু কৌবনি।

১০। ৱাকচিং কৌবদি মপুগা মনাইগা, অমম্মুং থরাইগা হকচাংগা নাকোং চিক্লা ৱা তাম্নৈ হায়বগী ৱাকচিং কৌবনি।

১১। ফাইরেন কৌবদি পুকমুংদা পল্লে, ফাইরে হায়বগী ফাইরেন কৌবনি।

১২। লমতা কৌবদি পলেম ইমাগী পুকমুংদগী মালেম লৈমগী ফৈরা তাজিন থক্লা তাই হায়বগী লমতা কৌবনি। থাকোক থামৈ অনিদি কোরৌ, মালেম, পলেম, পম্মৌ অনিনি।

পলেম, পম্মৌ, অনিগী মথৌদাং, ইবুংঙো মাগী মথৌজাম্না পোইদাম থাজ তরাদা শাওল তরা থোক্লা শেম্বিরকপনি। অতু-গুম্না ইবুংঙো মাবু ফংননবা পাম্নৈদি মখাগী লমচৎ তরাতক্লক্লী মমুংদা নিপান হুন্দোক্লগা, লাইগী লমচৎ নিপান অসি চৎলগা, ইবুংঙো মহাক্কী মথৌজাম্না মশানা লাই ওইবা য়াগনি।

হুন্দোকদবা লমচৎ :— (১) লৌশিং লাংথাকনবা, (২) মীনম খুরান হৈবা, (৩) উনবী পুকনিং ঙকপা, (৪) নাপল ময়াই কাবা, (৫) য়েক্ক পাওলৈ চেনবা, (৬) কঞ্জাও মৈরা থোকপা, (৭) পথুপ

মৈরেন্সে পকপা, (৮) লনপাম ইথৌ লাংবা ; লমচৎ নিপান অসিদি চৎফরোই হিংচাবগী লমচৎনি, শমু নমদা হুলান থোকনি।

## হকশেং কাংলোন।

বতমগী খোংলৈ খংবা, উনবী পুকনিং লেপ্পা; য়াথং য়াচুম শুবা, য়াইবী থরাই ঙাকপা, তালোক হুগুম্না নিংবা, হকসাং কোঞ্জ-লংবা শমু মহাক মকহন্দবা হায়বদি লাংলেন ফম্বিবেল মোৎহন্দবা তম্না চাতং চাবা হায়বদি চানদা ঙৌখিবা। হায়বিবা লমচৎ নিপান অসি চৎলগা হয়ি মহাক্কী থৌঅ‍ানবু লাক্কনি। হযি হাযবা মিংথৈ অসিদি তাইবংদা অমাং অতা লৈত্রবা ফিংথৈনি। তাইবংনা থংথি উথিনি হায়তুনা থম্বালগী লৈনা লিশিংনা চেৎনা যোমতুনা থমত্রবা ইবুংঙো মহাক্কী মিংথৈনি। হযি মহাক্কী কোলোযনা তাইবং মপাল ফাওনা, মশেক মডাগ ওইনা উগদবা মতমদি তাইবংগী অপক হায়বা (পাপ) অসিনা লৈত্রবা মতমদতা থংগনি। মতম অমনা তাইবং পোৎলুম ফাববা অমা থংগনি। অমনা লোইবী চীংজাও কাবক্রবদা থংগনি। মতম অমনা তাইবংগী অরা মুংঙাই লোম্লবা মতম অমা লাক্কনি। হায়বিবা মতাং অতুদি তাইবংগী মুংশিরবা মচা মশিববা মমা, মুংশিববা মরুপ মপিজা থৈবিক্লা কোযাশল্লা তৌবাং ফক্তা ওন, মোলাং খাদা থানা লাধবেন কোলগোল য়াতানা হ+যগী নাহে তম্বা মতাং অমা লাক্কনি। মতম অহুদি লাকবিবা মীপুম খুদিংমকপু থংনা থংনা কৌবোয, য়েংনা য়েংনা উররোয়। চবৈ ফীমু পামলবোয তাইবং হননা য়েংলমোয়। থমমুং কিকোয় লওললবী মুম্বা পাওথেম হৈবী পলেম্মা,

পলেম নত্তনা পলেমসা, পম্বৌ নত্তনা পম্বৌসা, থোয়নৌ মমাম্নবী শাম্নুনা থেম্বা মতাং লাকনি। মিথয়েং অনি শুররোয়। অম্বাবা লমদাং থারবনি, মুংশিগী লমদম উরনি, মুংঙাইবা লমদাং উবনা চাদোল থক্লা তাওগনি। শেরেং অসি মৈতৈ পুয়াগী হৈনা থৌগল ওইনা ইথোকচবনি।

## লংজিল

মৈতৈগী পয়া পুবান কথামকম্না লংলাগী লংজিল ওইনা পুথোকপিবা, মহুদী হয়ি হায়বা নিংথৈ অসিদি তাইবংগী থরায় ওইননি ঐগী মীগী লৈতবা, অচৌ পিশক থাম্নদবা, অচান মীরায়, নাযদবা, হথি মহাক্কী কোলোননি। হয়ি মহাকী থৌজাম্না অচৎ চৎতা লেংই পাম্লিবা খিবিক্লা হিংহুনা লৈজরিবনি। থৌজাল থোযবা চিঙুনী। চিংঙু ইবুংঙো মহাক্কী তাইবংনা খংখি উখিনি হান্থুনা অপক লাংনা কুপ্শুনা থম্বনি, অপক রায়েল কৌবদি, পাপকী মপৈবু হাযবনি। অমোৎপগী মশক ওইরবা পাপ থৈবিক্লা লৈত্রবা পুরিংনা কোনশেং ওইরক্লবা মতম অহুদা হয়ি মহাক্কী মিংলেনবু মশেক মঙান ওইনা উগনি।

## মিরায় পোৎলাইবা।

কননা হায় হম্নিনা অরেম্বনি। কনানা হম্নিনা অরেম্বনি হায়রী অনি অসিগী অরেম্বা অমা খংগদবদি কনা অমনা হয়ি হয়ি হায়না শোম্নবা, কনা অমনা হয়ি হয়ি হায়না শোম্নগা অনি অম্বু রাম্লেন

পুংকোয় অমরোমদং লমচেল চেল্লবদা অরেপ্পা মপক খংগনি। তৌইগুম্বসুং হরি হায়বা লোন খোঙ্থোক অসিদি মৈতৈ লোনগী পথুপ লোনবু খায়দোক্লা পাবা শোলবা তারবদি অহোবা মখুলবু মৈতৈনা হোরি হায়না খংনৈ।

অশুম হায়না লেংবা য়াত্রবা খুদম প্রমান কয়াগা লোয়নন৷ মৈতৈগী পুয়া পুরাননচিংবা লাইরিক লাইসু লাইশোল তিলশোল পুম্নমক্তা আ-খ্যাঈদগী ইহান হান্না শেমখিবা লৈপাক অদুসু মৈতৈ লৈপাক্লি অদুগা জগৎ সংসার অসিদা লৈরিবা থরায় পানবা পুম্নমক্কী থরায় য়ায়বীরেন মকত্রগা ইবুংঙো মহাক্কী লৈফমশু মফম অসিনি হায়না লংলাগী লংজিল পুথোকপিরি। মরম অসি লৈবনা মৈতৈ কংলাগী মমিংবু লাইরোন্দা কোয়রেন শোক্তোকপুং হায়না কৌননি। তৌইগুম্বসুং মৈতৈতনা য়ান্না থাক রাংহনিংবদগী পংই ঈরম্বরা হায়বসু, কলচরনাচিংবা লাইরিক লাইশু খুদম প্রমান কয়াসু লৈরি। অসি করম্না লাল্লি হায়গনি, খুদম অমন্থুং প্রমান হায়বসি চপ চানা লেপত্রবসু অহিং অমমন্দা হুখিবা পোৎ, হুংখিল অঙানবদা ইরায় লায়না ফারি মসি মিৎনা উবা খুদমনি। সৈভ্যতাগী জগতনা মানরিবা আর্য্যশিংগী বেদ শাস্ত্রনসু তাক্লি। মাদুদি ঃ—

## শলোক

শলোক অসিনা তাক্লি, মাঘঃ স্নানং নর কং জান্তে। শলোক অসিন করি হান্নরি মাঘঃ য়াকচিং হায়বা থা অদুনা। স্নানং। স্নান তৌরবা হায়বদী ইক মায়তাজরবা (নর) মীমহাক অদুদী (কং) বৈকুন্থবু জান্তে কাই, হায়বদি কং=কংলাংবু জান্তে কাই হান্নরি।

অর্থ্যাশিংনা মফম অসিবু বৈকুন্থনি হায়বা থংলমদবা য়ায়। অদুবু শলোক অসিনা হায়রিবা অসিমু অয়ানবদি ওইরোয়। অসিগী অবেঙ্গা রায়মদি ভদুডৈ হরি চক্তা নিংথৌকোংবগী মচানুপা য়াংমানা পোকপা ময়াংনা ময়াং লৈপাক্তা থুন ভাখি মরম অদুনা ইপা ইপুগী তৈযম শাৎযম্নি হায়না হায়রম্বা য়ায় অসিদম্নু নত্তনা আসাম্নিবুসু মৈতৈগী ইপা ইপুশিংনা ভেখাও কৌই। ইল্লু পূয়ান সাহেবশিংবু তেলঙ্গা কৌবম্মী। ব্রমহিজপুসু মৈতৈনা কাবো বৌই। মচিনাবু থাকি কৌই। ত্রিপুরা আগর তোলাবু তখেল লৈপাক কৌই। তৌইগুম্বনুং মরিক অমম্নু বিন্দুদগী লয়ি ওইনা চিংথোক্তনা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা য়েকবা তমসুং ইবা য়াদবনিনা ভদুগুম্বা বিন্দুগী হৌফম মিবাংগী ময়োল লৈপাক্কী লৈথোয় হায়বা অদু মফম অসিনি হায়না লাইরিক লাইগু থুদিংমক্তা তাক্লি। অমনা মৈতৈ পুবানগী মনুংদা পুবান লখুবা কৌবা পুবান অসিগী মনুংদা য়েক্লিবা পাফল লৈপুবা হায়বা সংসারগী মশক ওইববা পাফল লিললাইনিথৌ মালেমবু পুরিবা পাফল অসিনসু তাক্লি। মতুদি ইবুংঙো মহাক্কী মকোকপু কং কৌই। মমৈবু লাঃ কৌই। ইবুংঙো মানা মালেম পুন্নমক শিনবা থুংনা শিংসি পাফল লোল-লূরক্কা মকোক্তা মমৈগা অনিমক্তা হলজিল্লকুনা মৈতৈ লৈপাক্তা লোৎলি। অসিনসু পুন্নমক্কী হৌফমনি হায়বা তাকলি।

পাফল লৈপুবনা লৈপাক মাপল সুনা শিংলি পাফল লোনবগী মতুং ইন্না লৈপাক অমসুং দেশ মাপলসু লৈবনি। দেশ মাপলগী ময়ায় ময়োলদা মৈতৈ লৈপাক্তা লৈ। মতুগী থুদমনা মপালগী দেশ অমসুং লৈপাক মাপলদা লৈরিবা মীয়োয় থুদিংমক অসি থুজিল মমায় অমত্তা পাকলবা মৈতৈ লৈপাক্তা যাত্রি মাপলগী

শকতম শুনা উবা ঙংই। মসিনসু মৈতৈ লৈপাক্কী চেংখহুন্না মপানগী অকোয়বদা খুন তাখি হায়বসিসু অরেপ্পা রাক্ষম অমা ওইবা য়াই।

অহুগা লৈপাক অসিমকসু লৈপাক মাপলনি অহুগী খুদমনা চংলু-চংলুবা মাইকৈ খুদিংমক্তা তোঙাল তোঙালবা অমমম ওইনা চীংনা ইকোয় ইকোয় কোয়না লৈ। অহুগা মাপলগী খুদম অসিদি ইথোলগী কায়াক্তসু অহুমক লৈ। য়ুমগী কায়াক্তসু অহুমক লৈ। ঙংজাগী ফাংখোং মাপলসু। য়ুমজাও ঙানমলেনগী থোং মাপলসু। ফীরান সংখোল মাপলসু। উমং লাই অমসুং লাইপুংথৌ মাপলগী খুফমলেন মাপলসু। অসিগুম্বা মাপলগী খুদমশিং অসি হিরম খুদিংমক্তা কায়দনা লৈরি। হায়রিবা প্রমানশিং অসি লেংদনা লৈবনা অহিং অমম্বদা হুখিবা পোং অহু মুংথিল অঙালবদা ইরায় লায়না ফাই অহুগুম্না মৈতৈ লৈপাক মাংবা য়ারোই। হিরাগুম্না ঙাল্লকনি।

## চীংনুংহুৎ

মৈতৈ লৈপাক্কী চিংনুংহুৎ হায়বসি চীংগু, লাই কর্নানসু হুৎপা নত্তে। মহাদেবগী ত্রিশুল্লা হুৎপনি হায়বা অসি ওইথোক-তবা য়ানি, চিংনুংহুত্তি লৈপাক লৈমগী ঈশিং থোংনি। মহৌসাগী খুংশেম্মি। মহাদেবা হায়বসু পুরুষগী লিংগবু হায়বনি। ত্রি হায়বসু অহুমবু হায়বনি। শুল হায়বসু অতুম্বা মতিল য়াম্না তুম্বা হায়বনি। মৈ-নে ঈশিং-নে মুংশিং-নে অহুমু হায়বনি। অহুগুম্বা অহুম অহুনা তিল্লগা হকচাংগী ফম্বীরেনবু হায়বনি। হুর্গা হায়রগা, খরসউকারবু

হাঙবনি সংস্কৃতি ভাসানি। ত্রিপুন অসিনা হকচাংগী ফম্‌ইরেন থইরবদি কনাগুম্বা লুহোংদুবী মুপী মচাশিং অমসুং লুহোংপ্রিতৈদা ঈশিং চত্তুনা মথোযগী মপুকশিং অমসু ঈশিং তাক্লা লৈবমত্রা, লৈবমদে। অমসু থইববদি আশোমদা কংলা নোংলৈয়াং হাযবা অমসু লৈবনিনা চিঙ্গুংভুংপু মহাদেবগী ত্রিসুলা হুৎপনি হাঙবসি তোরুগা মহৌসাগী লৈজবকপা নোংতম্বা লাইগী খুৎশেমদা অমুনক থইহনসি।

## য়াম্না ওন্নবা খাফম্না।

লাই হবাওবা মতমদা অসিবু থোইনা হন্নাওবা আঃ লৈত্রা, লৈবনে লৈবনে হাযবদি ভাব রাখল ওন্নদনা তৌবনি। মাতুদি মৈ-ঈশিং-নুংশিং আহুমগী ফমফম মকুংইন্না, অযোংবা, অথুপপা থোইনা হেন্না থুপ্পা অহুম থোকপা ইশক্লা অহুম থোক্লা শান্নবনি। হাযরিবা, লৈবনে লৈবনে ল্যাঙবিবা অতুদি থরাঙ য়াইকোনসুংদা যাইবীবেন শিদবনা শান্নবনি। মীনা শান্নবনা অযোংবনি। লাইনা শান্নবনা অথুপপনি। যাইবিবেন্না শান্নবদি চিংঙু থোইযুম লাইমরুম্ উবা যংদে, মশান্নদি থমখো, মথরাইনা কাংরেন যনশক চৌবগা শমজি খাঙদুনা থিবদা চিংঙু লাইয়াম যুম্নক অতাওবগী পান্দম-গুম্না মাইকৈ থংদনা চঙক্রববদা পাফল লিলাই নিংথৌনা নুংচেং লাইজ মরুমদা শাফোংবিবরুগা চিংঙু লাইযাম পুম্নমক্কী পুরিং অতক চংবা অতুবু পাফল লিলাই নিংথৌনা রাহৈ অসি হাঙবগা চিংঙু লাইয়াম পুম্নমক্কী অরাববু কোকহনথি। রাহৈদি অসিনে। মবোন তরামবিগী তুংনফমবু থইরিবা য়াঙবিবেন্দি শিদবা লেংদনবু লৈবনি রামনা নক্লা লাপ্পনি অবেপ্পনা খংবনি নংগী নংগী নিংপুংদা লাইনিং

পরৈ চেৎলো হায়না তাকপিথি। অতুগী মতুং ইন্না ঐগী ঐ নিংনা পুংদা লাইনিং পরৈ চেৎলো হায়না তাকপিথি। মরম অ লৈবনা লৈবনে-লৈবনে হায়রবনী।

মরম অসিনা লাইহৈরপাক্তা পোক্লিবা লাইগী মচা মশু পুন্নক পুক্লিং অমত্তা ওইনা খুত্তাং হংতি লাক্লা পানেমগী হৈনা থোৗঙ্গ শুমনবা চিংঙ্গু লাইবু কাওশুমসি।

## লোইরবা

হয়িহে হান্না কোলোই হয়ুম হয়ুম হয়ুম।



